# ঐগী পুন্সি অমসুং ৱাখল

# কৎথোকচবা

ঙসি পুনসিগী সন্ধ্যা চঙলকপদা
শেংলবা গৌরপূর্ণিমা কুমিৎসিদা
শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী থুয়াখাদা
ননাইনা ইজবা লাইরিক মচাসি
ভক্তিগা লোয়ননা কৎথোকচরী।

চন্দ্রকুমার শর্ম্মা

# হিরম লামাই

হিরম | লামাই

ফোংজবী :- গুরুময়ুম শ্রীমতি দেবী

থাংমৈবন্দ লোকপুরেন লৈকাই, ইম্ফাল।

মার্চ তাং ৯. ২০০১ ইরাক।

( য়াওশং পুর্ণিমা নুমিৎ )

মমল লুপা ২০

নম্ফম :-- ইমা প্রীণ্টরস এন্দ ষ্টেসনরী ৱাকস,
ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

"ঐগী পুন্সি অমসুং ৱাখল" কৌবা অপিকপা লাইৱিক অসিদা ঐগী পুন্সি অমসুং ৱাখলগী মরমদা য়ামনা শমনা ইখ্রে। লাইৱিক অসি ঐনা ইগে অমসুং ফোংদোকে হায়না খল্লকপা মতমদা পুকনীংদা চিংনবা থরি। পোকখিদবদ নত্তে। মরমদি ঐ অসি বরিগুপা হিরম অমা নত্রগা। মাবদা মখং চংপা মী অমা নত্তে হায়বসি ঐ ইশানা খঙ্জে। অদুবু মুনশি চহিগী মার্চ তারিখ ১ (ফাল্গুন শুক্লা ষষ্ঠী) অসি ঐগী জন্ম তিথিনী। অদুগা গ্রেগো-রিয়ান কেলেণ্ডরগী মতুং ইন্না মার্চ তারিখ ১৫ অসি ঐগী পোকপা কুম্মনী। মরম অদুনা কুম্মং অসিদা ঐগী চহি ৮০ মপুং ফারে। মতম অসিদা ঐনা ঐগী হৌখিবা পুনসি নীংশিংনিংবগী অপাম্বা পুকনীংদা পোকখি। নীংশিংবা মতমদা ঐহোন্দা হুংজাইবা অমা পোকই। অদুগী মথক্ত, ঐগী পুন্সিগী অফবা অমসুং ফত্তবা থোকশিং, থৌদোক খাখোকশিং অদু লাইৱিক অসিদগী খঙবা ঙমহন্না ঐহোক্সনী নহা ওইবাশিংদা থরদং ওইরবস্তু কান্নবা য়াই খল্লে।

মতাং অসিনা নীংশিংবা য়াই মহুদি হৌজিক্কী মতম অসিদা ঐগা ইং ১৯৪০ দা জোনষ্টোন স্কুলগী মেট্রিক থামিন্নখিবা মরুপ অহুমদং ডাইহৌরে। অহুমদুদি শ্রীশাইখম খানিকা. শ্রীঅহৈম নিলমনি অমসুং শ্রীবুদ্ধচন্দ্র রায় (বি সি রায়) অসিনী। অতৈদি লোয়না সংসার থাদোক্লনা চৎখ্রে।

অতোপ্পা মরম অমনা চহি ৮০ শুরবা ঐহাক্কী পুন্সিদা ইশানা থেংনরকপা থৌদোকশিং অসি ইশিনবা লাইৱিক মচা অসিদা ইতিহাসগী মচাক ওইবা য়াবা খরহ্ য়াওবা য়াই খল্লি। অইবা ওইনা থমহৌত্রবদি মতমগী মতুং ইন্না কাউনখিবা হায়বসি মী ওইবগী

১বা শরুক

# অঙনবা মতম-জাপান লান

শকাব্দ ১৮৪২ চৈত্র মাস শুক্লা ষষ্ঠী খৃষ্টাব্দ ১৯২১ গী মার্চ্চ তারিখ ১৫ দা লৈপাকপোকপা ভূমিষ্ঠ পোকখি। পাবুংগী মিংনা শ্রীইবোতোন শর্ম্মা অমসুং ইমাগী মিংনা শ্রীমতি মণি দেবীনী। গুরুময়ুম শাগৈদা পোকপনী। গুরুময়ুম শাগৈগী পূর্ব্বোক্ত চৌতিক পশ্চিম বাঙ্গালদা গঙ্গাগী মপান্দা লৈবা কৃষ্ণনগরগী ইমচিঙ্গু চলাহংগী মাগাক্কক্কা মনিপুরদা থোংবকখিবা কন্দাপ্পর ঠাকুরনী। ঐখোয়না যত্নমণি শর্ম্মা (পঞ্জি ব্যবস্থাকারী) গী মচা মচুশিংনি। ইমানা ক্ষেত্রবাসী, শেঙ্গম নিংথোম্মী। পোকফমগা ইম্ফাল, থাংমৈবন্দ কব্রঙ্গম লৈকাই অমসুং লৌকুংপুরেল লৈকাই অনিগী তাইনবা মফমদনী।

ঐখোইগী ইমা অমসুং পাবুংগী গুণশিং অসি অমনা অমগী অরাংপা মেনশিন্নবা ওইনা তৌখি। পাবুংনা থোনা ফজা বুদ্ধি লৌশিং লৈবা অতুগা ফিংতক তোগা ওইখি। ইমানা য়াম্না ঈংবা তপ্পা অমসুং থৌন-চৈনবা পামজনবা মী অমা ওইনা তৌখি। ইমাদি য়োংথম ফি শাবদা য়ামনা তৈশিংবা, মরুওইনা য়ুগারেল ফি শাবদা মমিং চংলী অমা ওইখি। ঐনা অপিকপা অত্তাং ওইবিরৈ মতমদা লাইব্রিক তম্বগী খরচ (অচংবা শেল) অয়াম্বা ইমানা পুথি হায়না থগ্লি।

ঐখোই ইচিন ইনাও মরি পোকখি। ঐনা খুদ্গী অহন্না। ঐগী ইনাও অহুমনী, মতুংদি ধনঞ্জয় শর্ম্মা, মনোহর শর্ম্মা অমসুং নন্দলাল শর্ম্মা। ইনাও মনোহরদি অনীশুবা পৃথিবীগী লানাও মসুংদা

সংসারগী হিংনবগী লানফমদা ঐগী মতেং পাংলমলগা লান লোইরবা মতমদা যুম পাথিল্লিভেদা সংসার থাংদোকখি। ঐগী ইনাও ঐগা থংনবা ধনঞ্জয় শর্মাদি ধনঞ্জয়বী কোলেজগী লেকচরর চহি থরা ওইরমলগা মচানুপা অমম মচানুপী অমা থমলমলগা সংসার থাদোকখি। ইনাও ধনঞ্জয় লাইব্রিক যাম্না ফবা ছাত্র ওইখি। উচ্চ প্রাইমারিগী মেট্রিক ফাওবা পরিক্ষদা মাকাক ওইখি। ঐগী ইনাও আতানবা নন্দলালসু লাইরিক ফরকপা ছাত্র অমা ওইখি। হায়স্কুল তম্লিভেদা মসু অমসুং বৃত্তি ফংখি। চিফ কুদ টেক্নোলোজিষ্ট ওইনা সরকারগী থবক তৌরমলগা পেনসন লৌদুনা পোংথোখি। খোইদাকনা পনবা য়াবদি মহাক্কী মতমদা মেম্ব্রুং হায়বা থক্তনা মথি চৎলবা ঠিং মচীনচিংবা ঠৈগী পোংফঙলক্পিং অসি পুথোকখি। পোংথোকপিং অসি রাসিয়াদা থাদোকখি। মসিগীদমক মহাকনা সরকারগী ফনা ফংখি।

ঐথোইবা অচাং ওইরিভেদা ঐথোইগী ইমা অমসুং পাবুংগী খেল-খুনগী ফিভম কয়া ফংলমদে। অদুবু, ঐথোইগী পাবুংনা মচাশিংবু লাইরিক লাইশু তম্বীনবা য়ামনা থরাট হংঙনা হেংনখি। ঐথোইবা যাম্না পিকশিভেদগী হৌনা য়ুমদ ওজা থমদুনা ঐথোইবু তম্বীহনখি। মতম অদুদা (ইং ১৯৩২) মডাশুবা হায়নসু থডনবা ক্লাস টুগী পরিক্ষা অসি মণিপুর পুম্নমক্কী ওইনা কম্পিটিসন তৌনবগী (ফবা তাম্লবগী) পরিক্ষা ওইরম্মী। মদুদা ঐনা সরকারগী বৃত্তি ফংবা অথম্নবা ছাত্র থরগী মনুংদা অমা ওইখি। ক্লাস ফাইভতগী ক্লাস সভেন ফাওবদি ঐগী লাইরিক ফবগী থাক অসি থরা চংখি। ক্লাস আইটতগী থরা থরা অমুক ফংহনদুনা ক্লাস নাইনদগী অমুক বৃত্তি ফংখি ঐনা বৃত্তি ফংমিন্নখিবা অতৈদি ঐগী মরুপ হিদংময়ুম মদনগোপাল, লুক্রাম তোমচা অমসুং নোংমাইথেম বৃন্দচন্দ্রনী।

মখম অদুগী মেট্রিক পরিক্ষাদি কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা তৌবা কম্পিটি হৌভ পরিক্ষানি। কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয় অসি যাম্না চাওবা বিশ্ববিদ্যালয় ওইরম্মী। মতম অদুগী অপুনবা বঙ্গালাদেশ, বিহার, উড়িষ্যা, আসাম অমসুং মণিপুর য়াওনা অবাং নোংপোক্কী লম পুম্নমক বিশ্ববিদ্যালয় অসিগী মখাদা লৈরম্মী। ইং ১৯৫০ অসি হৌসি ফাওবদা মণিপুরগী ইতিহাসতা মেট্রিক পরিক্ষাদা থুংহৈবগী মাই পাকখিবা চাহী হায়বা যাই। চহী অসিদা মণিপুরগী ছাত্র ৫ (মঙা) শক ফস্ট ক্লাস ফংখি, মখোয় — শ্রীদিন মদনগোপাল শর্মা, শ্রী ঈশানক শ্রী রাম হেমচা সিংহ, শ্রী নোংমাইথেম বৃন্দাবন সিংহ অমসুং শ্রী বাচস্পতি মণিহার সিংহ। শ্রীমনিংতনা চুড়াচান্দ হায় স্কুলদগীনি। ঐখোয় মরীদি জোনস্টোন স্কুলগী ছাত্র ওইখিনি। ঐগী মরুপ মদন-গোপালনা বিশ্ববিদ্যালয়দা ৮শুবা মফমদা লৈখি, অদুগা ঐহাকনা ১২শুবা মফমদা লৈখি। মণিপুরগী মদুংদা মদনগোপাল শর্মানা মাকাক ওইখিনা অদুগা ঐহাক্না মথং ওইদুনা মণিপুর সরকারগী বৃত্তি ফংখি। মসিগী মথক্তা কলিকতাগী সিটি কলেজনা ভাইপেন্দ পীদুনা মখোইগী কলেজদা মদনগোপাল, হেমচাগা লোইনদুনা ঐখোয় অহুম মণিপুরদগী তমখি।

মতাং অসিদা মণিপুরদা ছাত্রশিংবু হায় স্কুল ফাওবদা মহৈ তম্বীবগী মরমদা পনবা য়াবা অমদি ছাত্রগা ওঝাগা অনীগী মবক্তা লৈনবা তমজনিংভাই ওইবা মরী অদুনি। ওঝাশিংনা মখোইনা তম্বীরিবা ছাত্রশিংবু য়াম্না লুনা চান্না তৌবী। ওঝাশিংগী য়ুমদা নত্রগা মখম অতোপ্পা অমদা তোঙান্না (টিউসন) তম্বীরবসু ছাত্রশিংবু

ক্লাসতা ফজনা তাকপীহনা হৈনবা তঙী। ছাত্রশিংনসু মখোইগী ওঝাশিংবু য়াম্না ইকাই খুম্না খুম্নবা অসি চৎনরম্মী। কালেন ছুটিগী মতমদা ওঝাশিংনা ছাত্রশিংগী ময়ুমদা চৎতুনা মখোইনা মতৌ করম্না ছুটিগী মতম অদু শিজিন্নগদগে হায়বদু তাকপী। ঐহাক হৈশানকী য়ুমদা খু ইরাকপম ওঝা চাওবনা কালেন ছুটিদা লাকপীদুনা য়াম্না ঈংনা তপনা তাকপীখি। মদু হৌজিক ফাওবা নীংশিংলি। অসুম তৌনা অতৈ ওঝাশিংনসু মখাই মখোইগী মইকৈদা লৈনা ছাত্রশিংবু লমজাবাখি। মতম অমদা ওঝানা ছাত্রশিংবু টিউসন তম্বীবগী চৎনবী অসি ইবৈ লৈরমদবদি নত্তে। অদুবু, মদু য়াম্না তশেংনা লৈরম্মী। মরু ওইনা, খরা শোনবা ছাত্রশিংবু মতেং পাংনবগীদমক টিউসন তৌহনবা নংনা হৌজিকী মতমদা তৌরিবা টিউসনগী মওং অসি উরমদে।

অতেপ্পা পনবা য়াবা অনদি হৌজিকী মতমদা য়াম্না চৎনরীবা লমাই স্কুল শিংখৎপগী চৎনবী অসি লৈরমদে। লমাই স্কুলশিংদা লাইরবা ইনাকখুনবা খাদনা অঙাং পুম্নমক থাখিদুনা সরকারগী তলব চাবা ওঝাশিংগী থবক লৈরকবা অসি খঙনা খঙনা উনা উনা, মসি কোকনবা পাম্বৈ অমত্তা থম্নদবা অসিদগী হেন্না ওকপা অমা লৈত্রে খল্লি।

মনিপুরদা জাপান লান হায়না খংনখিবা অনিশুবা পৃথিবীগী লালাও অদুগী মমাং ফাওবদি মনিপুরগী স্কুলগী ছাত্রশিংগী কিজেং অসি য়াম্না চম্লম্মী। ঐহাক্না মেট্রিক থাবা চহি ১৯৪০ অসি কাওবদা মনিপুরগী অহানবা অমসুং মকোক ওইবা জনষ্টোন হায়

স্কুল অসিদা স্কুল কাবা মতমদা খোঙ্গুটউ অশাংবা (লোং পেন্ট) অমতা শেৎনরমদে। ছাত্র খরতদা খোঙ্গুটউ মকক (হাফ পেন্ট) শেৎনরম্মী। অয়াম্বনা কৈজোম শেৎনবা ঙাক্লনি। স্কুল কাবা মতমদা শাউনগী খোংউপ উপ্পা ছাত্রগী মশিং খরতনি। অয়াম্বনা ফিগী খোংউপ অমসুং সেন্দল শিজিন্নরম্মী।

মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াই মতুংদা ঐ থাইনা ইং ১৯৩০ দগী ১৯৪২ ফাওবা কলিকতাদা আমহার্স্ট স্ত্রিত্তা লৈবা সিটি কলেজদা তমলিবগী মতম অসি কাওবা কলিকতাদা লৈবা কলেজ অয়াম্বদা ফৈজাম অমসুং যুরিভমক শেৎনরম্মী। খোংগ্রাও অশাংবা উপ্পা ছাত্রশিং অসি মিশনরি কালজশিং অমসুং প্রেসিডেন্সি কলেজনচিংবা অখন্নবা কলেজ খরতগী ছাত্রশিং ওইরম্মী।

ঐগী পুন্সিগী য়াম্না বাবা মতাং অমদি ঐনা ইং ১৯৪১ গী কালেন ছুটি মনুংদা কলিকতাদগী ইম্ফালদা হৃমদা লৈরিবগী মতমদা তাইকোইদ অমসুং মুংশংগী (পাইলসদগী) য়াম্না কম্না নংখি। মতম অছুদা অনবশিং অসি য়েংনবগী খুদোংচাবনা মণিপুরদা তৈরে লৈরমদে। কবিরাজ পণ্ডিত শ্রীনবদ্বিপ শর্মানা তাইফোইদগী অনাবা য়েংবীখি। চানশি হায়না কৌবা বাঙালি অপোথ্বা য়েংবা অমনা পাইলসগী অনাবা য়েংবীখি। চানশি হায়বসি মপা মপুংদগী মথং মথং অপোথ্বনচিংবা য়েংবদা মমিং চৎলক্লবা মাইবনী হায়। মনী অসিনা য়েংবীদুনা ঐহাক শিন্নবা য়াখদগী কনবীখি, ঐগী হকচাংদি য়াম্না শোককখি। কলিকতাদা অমুক হন্দুনা লাইরিক তম্বা য়াম্নবা হোৎ-নবদা মতম য়াম্না চংখি। ঐগী নাবা ফম্বকপদা লু কোকথোকখিব অহুনা কলিকতাদা হনবা মতমদা ঐগী শম অসি য়াম্না তেল্লি।

## পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাও:

খৃঃ ১৯৪২ গী মার্চ গী তারিখ ১০ দা মণিপুরগী ইম্ফাল সহরদা জাপানিজশিংনা বোম থাদখি। মতুংদগী চহী ১৯৪৪-৪৫ কাওবা অসিদা মণিপুর অসি বৃটিশ অমসুং জাপানিজ লানমীশিংগী মরক্তা শোক্রখিবা লান অতু মমিং চৎপা অকনবা লানকম ওইখি। লান মসুং অসিদা ঐনা লাইরিক তম্বা লেপ্লুনা লান মরক্তা চহি অহুম-লোম লানগা মরি লৈনবা থবক থবা তৌদুনা মতম লেংখি। মতাং অসিদা নীংশিংবা যুদ্ধ মতুংদি অনীশুবা লাঙ্গাও অসিবা মণিপুরদা অহোংবা (অওনবা) কয়া পুরকখি। লম্বী খোং কয়া শেম-শাদুনা চৎথোক চৎশিন চৌনবগী ফিভম য়াম্না ফগংখি। লানগা মরি লৈনবা থবকী ঠীকাদারগী থবক তৌদুনা অমসুং তলব চাবা থবকশিং তৌদুনা মণিপুরগী মীশিংনা পৈশা য়াম্না তান্নখি। আর্মীগী রেসন্দগী শাথরক্লুনা চান থক্রবগী অবাৎপা লৈনখিদে। সিভিলিয়ান প্রজাশিং অয়াম্বনা অহানবদদি বোম য়াম্না কিনরম্বদগী মমৈদদি বোমদা লোৎপা অসিদা হৈনখিদুনা বোমগী অকিবা অতু য়াম্না মথোং তাখি-দুনা লান লকী পুম্জিদা হৈনরকখি। ইম্ফালদগী অথাম্বা খুনংশিংদা লান চেন্নরুবা মী কয়ানা ইম্ফালদা হল্লক্লুনা মিলিতরিশিংনা লৈশিন-খিদবা য়ুমশিংদা লৈনখি। লান লোইরগা চপ্ চানা হান্নগী ফিভমদি হন্জিনক্লিবৈদা ঐহাকসু ফুবালা কৌবা খুনং অমদা এ আর এম গী (আসাম রিলিফ মেজরস) গী থবক তৌখি। ঐনা ফুবালাদা লৈরি-বৈদা মণিপুরগী অহানবা লো। শ্রেজুয়েৎ দরবার মেম্বর ওইরম্বা [illegible] ইবুংঙোহল সিংনা ফুবালাদা লাকপদা ঐহাকা থেংনখি।

[illegible]

খুরাইবুংডো অসিনা ঐবু থাংমৈবন্দগী অভাং অমা ওইনা, ঐগী পাবুংবুসু শক খঙহনা, য়াম্না কান্নব্রা পাওতাক অমা ঐডোন্দা পীখি। মতুংদি মসিদা মতম থরগী অইনা পৈশা তাম্নুনা পেন্দুনা লৈথোকহনু মখং লাইব্রিক তমথো, য়ামত্রবদা বি এ দি থাদোকউ। খুরাইবুংডোগী পাওতাক অসিনা ঐডোন্দা লাইবা ওইনা থোকখি। ঐহাকপু মিং পাংহনখি। ঐহাক্না এ আর এমগী ফুবালা ষ্টোরগী ইন চার্জ ওইনা থবক পুবগা অহু ১৯৪৫ গী জুন তারিক ১ দা থাদোক্লনা ঐনা তালবা পৈশা থরা অহু পাবুংদা শিন্নরমলগা গৌহাটিদা চংখি। গৌহাটিদা কটন কলেজদা বি এ থর্দ য়িয়ারদা মিং চনখি।

মতম অসিদা গৌহাটি ইউনিভর্সিটিগী মথাদা লৈরম্মী। ইং ১৯৪৭ গী জুন তাং ৯ দা তৌখিবা বি এ গী পরিক্ষা অহু ঐনা পাস করনা তৌখি।

জপানগী লান অসিগী লাল্লক্তা ঐহাকনা থেংনখিবা অতৈ থোদোক থরা——লান অসি পৃথীবীগী ২শুবা লাল্লাওনী। মণিপুর মরু ওইনা ইম্ফাল অসি জাপান অমসুং আই এন এ অনিগী অপুনবা লানমীনা ভারত অসিবু বৃটিশকী মখুত্তগী তানথোকনবগী শোকনখিবা অকনবা লানগী লানবুং ওইখিবনি। মণিপুরগী মফম পুম্নমক্তা ভারতকী মফম পুম্নমকী লানমীশিং, গোরা হায়না খঙনবা কুচু তৌবা বৃটিশ অমসুং অমেরিকাগী লানমীশিং, আফ্রিকাদগী নেগ্রোশিং মণিপুরগী মফম পুম্নমক্তা লৈহনা কেম্প তৌহনা লৈখিবনী। ইম্ফালগী মপান্দা মরু ওইবা মফমশিংদা এন্টি এয়ার ক্রাফত থিন্দুনা বোম থাদবা লাকখিবা জাপানগী এরোপ্লেন পাইরকপা য়েংহনা লৈখিবনী। প্লেন

প ইরকপা মতমদা সাইরেন খোংহুনা মী পুম্নমক কোমদা হোৎচিন্দ্রনা লোৎনখিবা অমসুং বোম থাদহুনা মী কয়া শিনখিবা মতম্নি। অসিগুম্বা মতম অসিদা ঐহাক্না নম্বোল বাজার মনাক্তা লানগী লম্বী শেম্বগী মোহরীগী থবক তৌহুনা লৈরম্মী। নোংমগী মুমিত্তা ঐনা গোরা থবদা ইংরেজীদা বারী শাক্নবদগী মখোয়না ঐহাকপু য়েকনবগী মীনি হায়না চিংনহুনা ফাহুনা পুরগা ইম্ফালগী মফম অমদা ফাহুনা থম্মখি ঐবু থম্মিবা মফম অহুদগী মিং থুম্জিন্দ্রনা পুবগা মিলিটরিগী কুচ্‌ ভৌবা অচৌবা অফিসার অমনা অহংলক হুম্না মখোইগী অফিসতা বাহং পাওহংখি। ঐগী পাওখুমদা পেল্লহুনা ঐবু মুমিং ১৮ নী ফাহুনা থমলবা মতুংদা মরাল লৈত্রে হায়না থাদোরকখি। ঐনা কোম্না থংবা ঙমখি, মহুদি, ঐনা লৈমীম্নরম্বা স্কুলগী ওঝা ওইরম্বা মী অমদি জেলদা থাজিনখি। মতম অহুদা লাংথবাল জেল হায়না খঙনবা মিলিটরীগী য়ামনা কিন-নবা জেল অমত্ত লৈরম্মী। জেল অহুদা বন্দিশিংবু য়াম্না ভমথীবা মওংদা ওৎপা নৈবা তৌবদগী মী থরদি মপুন্সি তেনশিনহনখিবগী বারী লৈ। মরম অসিদগী ঐস্ত্র লাংথবাল জেলদা তাখিগদ্রা হায়না ঐগী পাবুং অমসুং ইমংনা য়াম্না বাখিবনী। অহুবু ঈশ্বরগী কৃপাদগী অবাবা থোইনা ফংবা তৌদনা থ দোরকখি।

২শুবা পনবা য়াবা থৌদোক অমদি জাপানিজগী লানমীশিংনা ইম্ফাল কোইশিনখিহুনা মণিপুরদা চংবা য়াদহুনা মণিপুরগী মপাল্লামদা চেনখিবা অহুনী। ইং ১৯৪৪ গী এপ্রিল থাদা থোকখিবা থৌদোকনী। ঐহাক্না ইম্ফালদগী মণিপুরী মচা থরগা লোয়ননা ডিমাপুর রোদতা মরামদা টৌর ক্লার্ক ওইনা থবক তৌরিঙৈগী মতমদা ১৯৪৪ গী এপ্রিল থা অসিদা জপানিজশিংনা ইম্ফাল য়োংদবা লম্বী পুম্নমক

থংখিদুনা মরামদা থবক ভৌদুনা লৈমীহুর্মা মী থবগা লোইননা ডিম্বাপুর য়েৌনা বৃটিশ অমিনা থিন্নোক্লকই। ডিম্বাপুরদা ঐখোইব খাঙ্গোল্লুমগা মখোই হনখি। মতম অসিদা মরাক্তা ঐগী নচেং পাং-তুনা ঐগা লৈমিন্নবকপা ইনাও মনোহর শর্মাহু য় ওরি। ঐখোই খরা অসি চংকম থংদুনা হোজাইদা ৭.৪ই খাম্না লৈ চাংবা তাদুনা হোজাই তাম্না লাকখি। হোজাইদা খা খরা লৈম্বগা ডিমাপুরদা অমুক হন্নকখি। ডিমাপুরদা এ আর এসগী কেন্দ্রনী অমা ওইনা থবক ভৌখি। খা খরা থবক ভৌরবা মতুংদা ইং ১৯৪৭ গী সেপ্তেম্বর তাং ১ দা থবক থাদোক্লুনা ঐগী ইনাও মনোহরগা লোইননা ডিমাপুর-দগী ইম্ফালদা থোরকখি।

মথক্তা হায়খিবগুম্না ইম্ফালদা মুংদা হুম্নিং খরা লৈরগা ফুবালাগী এ আর এস ষ্টেশনদা থবক ভৌখি। ঐগী ইনাও মনোহর শর্মাদি ফুবালাদা ষ্টেশনগী কেন্দ্রনী অমা ওইনা থবক ভৌদুনা লৈহোই। ঐনা গৌহাটি কটন কোলেজদা বি এ তম্বা চংখি।

মতাং অসিদা ঐগী পুন্সিগী তাক্কক অমা লোইশিন্নে। মসিগী মতুংদদি ঐগী পুন্সিগী খ্বাইদগী মহৎ য়াম্বা তাংক্কক অমা হৌরে হায়বা য়াই।



## ২শুবা শরুক

## ছাত্রশিংগী সংস্থা শেমগৎপা

মতাং অসিদা মণিপুরদা ছাত্রশিংগী সংস্থা (মরুপ) শেমগৎপা হৌরকপগী অঙনবা মতমগী রাখী খরদং শমনা ইজগে। ছাত্রশিংনা স্কুলগী লাইরিক তম্বা অদুগী মথক্তা মাইকৈ মাইকৈদা, লম লমগী ওইবা ছাত্রগী সংস্থা মচা মচা শেমলগা মীয়াম মমাংদা বা ভাংবা তম্বা অসিনা ইহান হানবা থাকনী। থাংমৈবন্দ অমসুং নাগমপালগী ছাত্র শং পুনশিন্দুনা ঐখোই খরনা থাংমৈবন্দ এল পি স্কুলগী শংদা মানা মানা ভাংনিংবা বিষয় অমদা বা ভাংবা তমখি। অসুম হায়না তৌবা অসিদা খরা খরা মী য়াম্বখৎলক্তুনা লম লমদা হায়-বদি কৈশামপাত্তা শ্রীথোকচোম মধুশিংগী য়ুমদা, উরিপোক্তা স্নাংখা ডাক্তর ইবোতোনসিংগী য়ুমদা, থাংমৈবন্দা শ্রীথুমুকচম ইবুংঙোহলগী য়ুমদা ছাত্রশিংগী কনফরেন্স (সভা) পাঙথোকখি। মতম অদুদা মহা-রোল অমসুং ছত্রশিংবু শেমগৎপদা খবাই য়াম্না য়াওবা লাইরিক হৈনা অহল খরনা দলগী ওইবা রাজনীতিগী রাখল য়াওদনা লমচৎ শেমগৎপনা মরু ওইরা পদ্ধতিকম ওইবা ছাত্রগী সংস্থাশিং শেমদা মতেং পাংবীখি। হিরম অসিদা লময়ানবা অনীদি শ্রীথোকচোম মধু অমসুং শ্রীশগোলশেম ইবোমনি অসিনী। ছাত্রগী সংস্থা শেম্বগী মতাং-দদি শ্রীথোকচোম মধুনা ঐনা খঙবদদি ইহান হানবনী। হিরম অসিদা হবাইবম ময়নবীর, লাইশ্রম অচৌ অমসুং ঐহাক ইশামক শ্রীথোকচোম মধুগী পরয়ানী হায়বা য়াই। মতম অদুদা শ্রীমধু

অসিনা তম্ফাসমা গার্লস হায় স্কুলগী থৌ অমা ওইরম্মী। থৌ মধুগী মমাংশঙোই অসি অরিবা মতমগী ছাত্রগী সংস্থাগী হৌরক-ফমনী হায়বা য়াই।

## মণিপুরদা ছাত্রশিংগী অপুনবা সংস্থা শেম্বা

ছাত্রগী সংস্থাশিং অসি লম লমগী ওইনা লৈরম্লগী মণিপুর পুন্নমক্কী ওইবা ছাত্রগী সংস্থা অমা শেমখিবশি ইং :৯৩৫ দনী। চহি অসিদা উরিপোক্তা অজ্ঞা পরিক্ষাগী মাপ্পবক্তা মণিপুরগী ছাত্র-শিংগী সভা অমা কখি। (ইং ১৯৩৫ নি হায়বসি সভা অদুগী মচিন তোঙবা থৌবু অমা ওইখিবা শ্রীময়েংবম আনন্দমোহন্দগী তাবনি)।

মণিপুর সরকারগী কমনাইবা দবার মেম্বর ওইরিবা শ্রীলাই-রেনময়ুম ইবুংঙোহল সিং, মতম অদুগী সমাজ কর্মীশিং— শ্রীহিজম ইরাবত সিং, শ্রীনাংবৈকাপ্পম গোপাল মোহোরী, শ্রীসোরোখাইবম লৈচোচিংবু সভা অদুবা য়াওখি। শ্রীময়েংবম অনন্দমোহন অমসুং শ্রীঙাঙোম তোকপোকনা গৌহাটি কটন কোলেজগী অরিবা ছাত্র ওইনা য়াওখি। সভা অদুদা লম লমগী ওইবা ছাত্র সংস্থাশিং অসিনা পুনসিন্দুনা মণিপুরগী ওইবা ছাত্রগী সংস্থা অমা শেমখি। মমিংদি মণিপুরী ছাত্র সম্মেলনী কৌখি। শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুংঙোহলবু সংস্থা অদুগী প্রেসিদেন্ট ওইনা অমসুং শ্রীময়েংবম আনন্দমোহনবু জেনেরেল সেক্রেটরি ওইনা খনখি হায়না শ্রীআনন্দমোহন্না হায়। ঐ ইশাদি মতম অদুদা জোনষ্টোন স্কুলগী অঙাং ওইরিবা ছাত্র অমা ওইনা সভা অদুবু ভাবক অমা ওইনা উহৌবা অমনী।

শ্রীময়েংবম আনন্দমোহনগী মথংদা মতম অদুগী ছাত্রগী লুচিংবা অমা ওইরিবা শ্রীহবাইবম রনবীরসিংনা মণিপুর ছাত্র সম্মেলনীগী

জেনেরেল সেক্রেটরি ওইখি। শ্রীরনবীরগী মথংদা শ্রীলাইশ্রম অচৌ সিংনা জেনরেল সেক্রেটরী ওইখি। ঐহাক্না অহুমশুবা জেনরেল সেক্রেটরী ওইখি। মসিগী মতুংদদ জাপানগী লানগাইনবা মতম লাক্লুনা চহি থরা ছাত্র সংস্থাশিংগী থবক লেপখি।

জাপান-লান লোইরবা মতুংদা মণিপুর ছাত্র সম্মেলনী হায়বা অসি অমুক হিংগৎখি। ছাত্র সম্মেলনী হায়বা মিং অসি এরিয়ান হোলদা ঐনা সভাপতি ওইদুনা ফম্বা সভ অমদা মণিপুর ছাত্র কংগ্রেস হায়না মিং ওন্থোকখি। মিং ওন্থোকপা পামদবা ছাত্র খরনা মণিপুর ছাত্র ফেদরেসন কৌবা সংস্থা অমা শেমখি। ছাত্র কংগ্রেসকী অহানবা জেনেরেল সেক্রেটরিনা শ্রীপোংশম তোম্বী সিংনা ওইখি, ঐহাক্না প্রেসিদেন্ট ওইখি। থৌদোক অসিগী চপ চাবা অইবা রেকোর্ড ফংবা উমদ্রে। অদুবু মতম অসি ইং ১৯৪৫-৪৬ ওই-গনি খল্লি। ঐহাক্না গৌহাটি কটন কলেজদা তমজিরিগী মতমনী। মতাং অসিদা পনবা য়াই মহুদি তাং, কে, মাইপাকসনানা ইরম্বা 'মণিপুরগী অহানবা সত্যাগ্রহ' কৌবা লাইরিক অদুগী লমাই ১০ দা ইং ১৯৪৬ তা থোকখিবা থৌদোকনী হায়না ইরি।

———

## মণিপুরগী মপাঙ্গা ছাত্রগী পুন্সি

ঐহাক্না মণিপুরগী মপান্দা কলেজদা লাইরিক তমখিবা অসি ইং ১৯৪০-৪২ দা কলিকতাদা অমসুং ইং ১৯৪৫-৪৭ তা গৌহাটিদনি।

কলিকতাদা— কলিকতাদা তম্বা অসিগী ডাইরিনচিংবা রেকোর্দ থিবা ফংদ্রে। ইং ১৯৪০ দা মেট্রিক পরিক্ষাদা ফাস্ত মার্ক ফংলুনা কলিকতাগী সিটি কলেজনা স্তাইপেন্দ পীগে, মখোইগী কলেজদা তম্নবা হায়না থডহল্লকপদগী তমখি নী হায়নসি মমাংদগী হাযখ্রে। মণিপুরগী মপান্দা অহানবা চৎপমক্তদা মণিপুরগী চাউখ্রবা কলিকতা সিটিদা চৎখিবা ওইবনা মণিপুরদগী হীরম পুনশদা থেমবা মতমশিং অদুদা মতম থরদি হৈনরমদে। ঐখোই মী মঙা চৎমিন্নখিবনী। শ্রী আম্বঃ কেঃ সনাহল সিংহনা বিঃ কমঃ তম্বা, অহুগা শ্রী ইবছন্দ, মদনগোপাল, লুক্রাম তোমচা, সলাম গম্ভীর অমসুং ঐহাক ইশাকনা আই এ তম্বা চৎখিবনী। অতৈ মতম অদুদা কলিকতাদা তমদুনা লৈরম্বা ছাত্র থরদি থুরাইজম বুদ্ধ সিংহ, এলাংবম খেলেন্দ্র, হমাইবম নিলমনি, অয়েকপম ভুবনেশ্বর সিংহ, থিয়াম মেঘচন্দ্র সিংহ, খুমুকচম গৌরমনি সিংহ, ব্রজমনি শর্মা, লাইশ্রম অচৌ অসিনচিংবনি।

কলিকতা সহরগী দলানশিং, ক্রক ক্রক ইমনা লৈবা পার্কশিং গার্ডনশিং নত্তনা লৈবাক উবা ফংদবা, লম্বীশিংদা মতম অয়াম্বদা মী য়াম্না চৎপা অসিনচিংবা উবদা ঐখোয়দা অঙকপা পোকখি। ঐখোয়দা থাইদগী ওকখিবা অমদি মীনা মখোংনা চিংবা রিকসাশিং অহুনি। রিকসাৱালাশিং অহুনা মখোংনা চেন্নুনে। মীথু ভাড়াদা পুরিবনী। মতম অহুদা হায়নবা লৈ, মহুদি কলিকতাদা অশেংবা পোংশক অহম ফংদে মহুদি অশেংবা মুংশিবা, অশেংবা শগোম

অমসুং অশেংবা চুংশিং। অদুবু অশোংবা শাংনামদি খরা মখৈদি ফংবা ভন্নী হায়বসি মমৈদা থংখি, মচুদি কলিকতা ক্লিন্ক কে'র-পো'রেশন্না লি'ক্লদা হ'প্লা অশেংবা শন্দোম লৌনিংবা মীশিংদা পী।

অহানবা শইনা কলিকতাগী কলেজশিংদা ছাত্রশিংগী শক্তি উখি। মচুদি ছাত্র লুপ্চিংবশিংনা কলেজগী ক্লস চত্থরিবৈদা কা মনুংদা চ'ংনা বা হাংনদা অথিংবা লৈতে। মখোয়না ভাংলিংদা ভুমিন্না লৈরগা নখোই চৎপ্রবা মতুংদা ক্লাস অমুক মথা চৎথে।

মণিপুরী ছাত্রশিংগী এসোসিয়েশন— ঐ'থাইনা কলিকত'দা লাইব্রিক ত'স্ট্রিটইগী মমাংদা কলিকতাদা মণিপুরী ছাত্রশিংগী এসো-সিয়েশন লৈরমদে। মরু ওইবা মরমদি মণিপুরগী ছাত্রশিংগী মশীং য়াম্না য়ামলমদে। ঐখোয়না লৈবা মতম খরগী মতুংদা কলিকতা মণিপুরী এ'সা'সিয়েশন অমা শেমখি। এসোসিয়েশন অসিনা "নহারে'ল" কৌবা থাগী চেকোং অমা অহানবা ওইনা থোংখি।

কলিকতাদা লাইব্রিক ত্রমলিটইদা বেঙ্গলগী অকাওবা নেতা খরনা পার্কশিংদা অমসুং অ'চৌবা হোলশীংদা রা ভাংবা উবগী থুদোংচাবসু মরক মরক্তা ফংখী।

মতম অদুদা কলিকতাদা চান'থকবা পোৎশিং অসি য়াম্না হোংলম্মী। চা কপ অমগী মমল পৈশা ২ তনি, অদুগা তোষ্ট (ডবল রুটি মচেৎ অমদা মথোন তৈরগা চিনি হাপ্লা) অমাগী মমলসু পৈশা অনীতনী। মরম অদুনা ঐনা মণিপুর সরকারগী স্কোলারসিপ অমসুং কলেজগী স্তাইপেন্দগী কংলকপা পৈশা অদুনা ঐগী অচংবা খরচ তৌপ্রগা অরেপ্পা অদু থা থুদিংগী লুপা খরা খরা য়ুমদা থাদোকলম্মী।

মতম অদুদা চানবা পোৎকী মমল য়াম্না হোংবনা ওইবা তাই, কলেজগী ফ্রেসরস সোসিয়েল অমসুং ঐখোইগী হোষ্টেলগী আগাই কিন্তু অসি য়াম্না নীংথিজনা পাংথোকই।

অনৌবা লাঙ্গাও হৌরকলবদা জাপানগী বোম্বিং তৌরবা মরাই চিংনফম্না অাই এ.জী. পরিক্ষাগী সেন্টর অসি গৌহাটিদা হোংখি।

গৌহাটিদা — ঐহাক্না গৌহাটিদা কটন কলেজদা তম্বা অসি মমাংদা হায়খিবগুম্না মণিপুরদা জাপান লান মথুংদা চহী অহুম লানগী মরী লৈনবা সিভিলিয়ান অমনা তৌবা য়াবা থবকশিং অদু তৌরুরবা মতুংদা। মরম অদুনা গৌহাটিদা লাকপা মতম অসি ঐনা চহিনম্নু অমসুং থবকী মরমম্নু থরা চংশিল্লবা মতমনী। অদুগী মথক্তা কলিকতা সিটিদা চহি অনী তম্বুরে হায়না থম্দুনা গৌহাটিবু পুক্কদা থবা হম্নুনা থনবা চাথল অমমু ঐগী লৈরম্মী।

কলেজ মীং চনবা মতুংদা ঐহাক য়াম্না থুনা কলেজগী ছাত্রগী রাজনীতিদা য়াওখিরম্মী। মতম অদুদা কলেজ হোষ্টেলশিং অসি মিলিটরিনা লৈশিনখিদুনা, লান মতুং অসিদা ছাত্রশিংনা মতম খরগী ওইনা শাবা শঙশিংদা মুপামচাশিংগী হোসতেল ওইনা শিজিন্নরম্মী। মমৈথংদা মিলিটরীশিংনা থাদোকলমলবা মতুংদা মশাগী হোসতেল বিলদিংশিংদা হোংজিনখি। মতম অসিদা কলেজ ছাত্রশিংগী ইউনিয়নমু লান মতুংদা কায়খিবদগী হিংগৎলমজি। কলেজ ইউনীয়নবু হিংগৎহনবা হায়বসী কটন কলেজগী ছাত্রশীংগী অকনবা অপাম্বা ওইখী। ছাত্রশীংনা ছাত্রশীংগী কাউন্সীল ওফ একসন কৌবা কমীটী অমা শেমদুনা ইডেন্টস ইউনীয়নবু অমুক হিংথৎনবা অকনবা থবক পায়খৎখী। একসন কমীটি অসীগী সেক্রেটরী ওইনা ইং ১৯৪৬ গী

জুলাই তাং ১২ দা ঐহাকপু থনখি। কলেজ ইউনিয়ন হিংগৎহন্নবা থবক পায়থৎপগা লোয়ননা কলেজ ইউনিয়নগী থবক পুন্নমক একসন কমিত্তি অসিনা পাংথোক্খি। মতম অদুদা আসামগী কোন্নুং অসি শিলোংদা লৈরম্মী। ঐহাক্না একসন কমিটিগী লিডর ওইনা ছাত্র লুচিংবা থরগা লোয়নবা শিলোংদা মিনিষ্টরশিং উনবা চৎখি। গৌহাটিদা লাকপা মতমদা আসামগী চীফ মিনিষ্টর গোপীনাথ বর্ডোলয়গা অমসুং ফাইনান্স মিনিষ্টর বিষ্ণুরাম মেধিগা উনখি।

গৌহাটী সহরদা ছাত্রশিংগী অচৌবা প্রোসেসন কয়া চৎপদা লিডর অমা ওইনা য়াওখি। ঐনা নীংশিংবা থুইদগী চাওবা প্রোসেশন (সভ যাত্র) অমদি কলিকত্তাদা আই এন এ লিডরশিংগী বিচার তৌবদু য়ানীংদবা ফোংদোকনা চৎখিবা প্রোসেশন অমদা পুলিসনা নোংমৈ কাপতুনা ছাত্র খরা শিখিবা অদু য়াদনিংদবা উৎতুনা চৎখিবা অদুনি। কলিকত্তগী পাও তাবদা কটন কলেজগী ছাত্র পুন্নমকনা য়ায় শাউরদুনা ক্লাস থাদোকখি অমসুং গৌহাতিগী মরু ওইবা লম্নীশিংদা প্রতিবাদ তৌদুনা য়ায়া চাংশবা মীয়ামগী প্রোসেসন অমা চৎখি।

মতুংদা কটন কলেজগী ছাত্রশিংগী ইউনিয়ন সোসাইটী অদু নিয়ম চুমনা ইলেকসন তৌদুনা থনখি। ঐহাকপু মৌনা শেমলবা কটন কলেজ ইউনিয়ন সোসাইটী অদুগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইনা ইং ১৯৪৬ গী নভেম্বর তাং ৮ দা থনখি। ঐহাক্না মাই পাকখিবা অদু ছাত্র কংগ্রেসগী কেন্দিডেৎ অমা ওইননি। সোসাইটী অদুগী মাই পাকলবা মেম্বরশিংগী গ্রুপ ফোতো অমা প্রিন্সিপাল, ভাইস প্রিন্সিপালনচিংবগা লোয়ননা হাপচল্লী।

## কটন কলেজ গৌহাতি ছাত্র ইউনিয়ন

(১৯৪৫-৪৭)



চন্দ্রকুমাব শর্ম্মা (জেনবেল সেক্রেটবী), অতৈ মেম্ববশিং, প্রিনসিপাল, ভাইস প্রিনসিপাল অমসুং অতৈ লেকচবব খবগা লোযননা লৌবা গ্রুপ ফোটো।

গৌহটিদা কটন কলেজগী ছাত্র ওইরিঙৈদা ভারতকী মফম কয়াদা ছাত্রগী কনফরেন্স য়াওখি। মখোই অদুগী মতুংদা পুনবা য়াবা খরদি মখাদা পীজরি :

(১) ইং ১৯৪৬ কী ডিসেম্বর তাং ২৬ তা দিল্লিদা পাংথোকখিবা ভারত পুম্নমকী ওইবা ছাত্র কনফরেন্সতা মণিপুরগী ছাত্র মীহুৎ অমা ওইনা য়াওখি। কনফারেন্স অসিদা ভারতকী স্বাধিনতা আন্দোলনগী মরু ওইবা নেতা অয়াম্বনা বা ঙাংখি। ঐনা নীংশিংবদা কনফারেন্স অদুদা মখাদা পীরিবা ছাত্রশিং অসিনা য়াওখি, মদুদি সর্বশ্রী হুয়াইবম রনবীর, লাইশ্রম অচৌ, ই. য়াইমা, অমসুং আর. কে. সনায়াইমা।

(২) ইং ১৯৪৬ কী মার্চ তাং ১৫ অমসুং ১৬ তা শিলোংদা পাংথোকখিবা আসাম পুম্নমকী ওইবা চীং অমসুং তমগী ছাত্র সভা (কনফরেন্স) দা য়াওখি অমসুং কনফরেন্সদা বা ঙাংখি। সভা অসিদা মণিপুরগী চীং অমসুং তমদগী ছাত্র ছাত্রী লুচিংবা লুচিংবী খরনি য়াওখি।

গৌহাটিদা লৈরিঙৈদা ই. ১৯৪৬ গী জানুয়ারি তাং ১০ দা পুন্সিগী অহানবা ওইনা ঐনা মহাত্মা গান্ধিবু উবা ফংজখি। মমিং অসিদা গৌহাটিগী জুবিলি গার্দন্দা মহাত্মানা মীয়ামগী প্রার্থনা সভাদা য়াওবা অমসুং বা ঙাংবা উজখি।

ঐনা গৌহাটিদা লৈরিঙৈ অসিদা পণ্ডিত জহরলাল নেহরুসু অহানবা ওইনা ব্রহ্মপুত্রবু ফেরিনা চাম্ফুনা লাকপা উবা ফংখি। মদুগী তারিক অহুদি ঐগী ডাইরিদা থেংনদ্রে। মহাকনা ভারতকী মফম কয়াদা মীখলগী ভোং খোম্বগী খোংচত্তা গৌহটিদা লাকখিবনী।

গৌহাটি মণিপুরী ষ্টুডেন্টস এসোসিয়েসনগী সভাপতিসু ওইরম্মী। মতম অদুদা কটন কোলেজদা তম্বা মণিপুরগী ছাত্রশিং অসি হিরম

অমা নত্ৰগা অমদা মখিং লৈবা য়াম্না য়াওই। খুদম ওইনা শ্ৰীএন বিনয় সিংনা শান্ন খেংলবগী হিরমদা মরু ওইনা অরুম্বা থাঙ্গৎপা অরুম্বা তুনবা কেফেলিন লংবা। অসিনচিংবদা মিং চন্দ্ৰনা গৌহাটিদা মীয়াম্না শক থউবা মী অমা ওইখি। ছাত্ৰশিংগী মরক্তগী শোগাইজম পম্মাব ভ দেবীন্দ্ৰ শান্ন খেংলবগী হিরমদা মিং লৈবী অমা ওইখি। শ্ৰী শম্ভুশৰ্মা ইমো ভাবৰ্ম ৰাহুমনচিংবা খঙ্গনু কটন কলেজগী হোক প্ৰেয়র ওইদুনা শক খউনখ শ্ৰীমহেশ্বৰ নিবেতনচংদনু শরুক য়াখি।

গৌহাটিদা লৈরিবৈদা নেতা ইরাবতনু উনখি। নেতা ইরাবতনা লাকখিবা অসি মহাকপু লৈতৈ মচা অমা ওইনা আসামগী এম এল এগী মীখল্দা। ভোৎ খোম্বদা মতেং পাংবীয়ু হায়বা লাকপনী। গৌহাটিগী মণিপুর ছাত্ৰশিংনা নেতা ইরাবতপু মৈতৈ মচা অমা ওইনা মতেং পাউব। পামহুনা চে অমা নমলগা চাইথোক্তুনা মতেং পাঙখি।

গৌহাটিদা লৈরাবৈদা ঐগী অৱাবা থৌদোক অমা থোকখি। ঐগী ইনাও অহমনুবা মনোহর শৰ্মানা ১৯৪৫ গী জুন তাং ২৯ দা মুদাং পুং ১ তাবা মতমদা লৈখিদ্রে হায়বগী পাউ ফংখি। পাউ অদু ফংবদা ঐহাক খৱাই য়াম্না ৱাখি। ঐগী ইনাও অসি মশা মউ ফবা ইনাওনি। মহাক্না ঐনা জাপান লান মন্নুংদা খবক তৌখিবা মফম পুম্নমক্তা ঐগা থানদনা লোয়নখিবনি অমসুং ঐগী ইতেং পাংখিবনী। মহাক মেলেরিয়ানা নাদুনা লৈখিদবনী। নীংশিংবা য়াই লান মন্নুং অদুদা মণিপুরদা মেলেরিয়ানা মী য়াম্না নাদুনা শিখি। ঐন্দু মেলেরিয়ানা নাখি।

ঐনা গৌহাটিদা কটন কলেজ ছাত্ৰ অমা ওইনা চহি অনীরোম লৈবা অসি ঐগী পুন্সিগী খাইদগী হেন্না খবক চিনখিবা অমসুং

থবক পাঙথোকখিবা মতমনী হায়বা য়াই। অসাবগী মকোক ওইবা কটন কলেজগী ইউনিয়ন জেনরেল সেক্রেটরি ওইনা ঐনা পাংথোক্লবা থবকশিং অসি অতৈ হৌখিবা অমসুং ভুংদা লাকদবা জেনেরেল সেক্রেটরিশিংদগী হেল্লগদি য়াই, হয়বদি ওইবোই থল্লি। কটন কলেজগী ছত্র অমসুং ছাত্রীশিংনা য়াম্না চানবা অমসুং য়াবা অমসু ওইখি। ঐনা মতম অয়াংদা ইউনিয়নগী থবক্তা থবক চিনবা অসি উবদা ঐগী কলেজগী ভাইস প্রিন্সিপাল ওইরিবা শ্রীউমাকান্ত গোস্বামীনা নোংমা ঐবু কৌরগা হায়খি— "চন্দ্র শর্ম্মা হৌজিক বি এ পরিক্ষা নকশিল্লক্রে। নহাক্কী ইউনিয়নগী থবকশিং অসি ছাত্র অমদা শিন্নরগা লাইরিক পাবদা পুক্নীং চংলো নত্রবদি নহাক ফেল ওইবা য়াই।" ঐগী ওঝানা তাকপীখিবা অসি ঐবু মুংশিন্না তাকপীখিবনী হায়বসি ঐনা খংইনা ঐনা যাম্না থুনা জেনেরেল সেক্রেটরীগী থবক অহু এসিস্টট সেক্রেটরী ওইরিবা শ্রীবীজয় শর্ম্মাদা শিন্নখি অমসুং পরিক্ষাগীদমক শেম শাবদা পুকনীং চংখি।

মতমগী য়াওল— ইং ১৯৪৫-৪৭ অসি হৌজিক্কী চহি ৫৩ গী মমাংদনী। মতম অদুদা গৌহাটী অসি অপীকপা সহর অমা ওইরম্মী। মতম অদুদা কটন কলেজগী ছাত্রশিংগী ইউনিয়ন সেক্রেটরি ওইবসি অসামদা মীয়াম্না য়াম্না শকখঙবা নহারোলশিংগী ছাত্র লুচিংবা অমা ওইরম্মী। মতম অদুদা অসাম অসি হৌজিকী মতমগী মেঘালয় নাগালেণ্ড অমসুং মণিপুর কাওবা অপুনবা রাজ্য অমা ওইরম্মী। ঐনা কটন কলেজ থাবোকপা মতমদা ঐগা য়াম্না মুংশিনবা অসামী অমসুং বেঙ্গলী মরূপ মপাং কয়া কায়দবগী পুবনীং বাখিবা

অদু নিংশিংলি। অদুবু মতমগী য়াওলনী। মতম অদুদা অপীকপা সহর ওইরম্বা গৌহাটি অদু চহী খবগী মমাংদা ঐনা চৎচুবদা চাওরবা সহর (মহানগর) অমা ওইরমলে৹ শক থঙবা ঙমখিদ্রে।

— — — —

## ওস্তুবা শরুক

## মণিপুরগী রাজনীতিদা য়াওবা।

বি এ পরীক্ষা থ'রবা মতুংদা ইং ১৯৪৭ তা মণিপুরদা লোরকখি। চহি অনী হেন্না ঐগী ছাত্রগী পুন্সিগী খাইদগী মাই পাকপা অমসুং খাইদগী থবক চিনবা মতমবু লেনখিবা কটন কলেজ অমসুং গৌহাটি সহরবু থাদোকপদা ঐগী থমোইদা নুংশিবা পোকখি। অদুবু মথক্তা ইখিবগুম্বা মতমগী খোংচৎ লেপ্পা য়াদবনিনা য়াম্না নুংশিননা তিন্নরম্বা কয়াদগী বিদায় লৌরগা মণিপুর তমনা ত্রেন তোংদুনা গৌহাটি থাদোকখি।

মণিপুরদ লোরকলগা অহলশিংনা হায়বা মতুং ইম্মা ঐনা তম্ফাসনা গার্লস হাই স্কুলগী ওঝা ওইনা থা খরা থবক তৌখি। অদুবু থা খরা থবক তৌরমলগা ইং ১৯৪৭ কী সেপ্তেম্বর থাদা তৌখিবা ফিরাল সত্যগ্রহ হায়না থঙনবা প্রজাগী অচৌবা আন্দোলন অদু য়াওনবগীদমক সরকারগী ভযবা স্কুল অমগী ওঝা ওইবা অদু থাদোকখি। ঐনা থবক থাদোকখিবা অদু য়াবগী সরকারগী চিঠি অদু মতম অদুগী শিক্ষা মন্ত্রি ওইরম্বা শ্রীকে৹ গৌরো সিংনা সহি তৌদুনা পীরকখি। চিঠি অদুগী কপি অদু মথাদা পীজরী—

## Order No. 57 of 47/48

Sit G Chandrakumar Sharma, Master T. G. H. School resigned his post with effect from 16-9-47 and his recognation has been accepted.

Sd/ K Goura Singh
Education Minister, MSC

সরকারগী হুকুম অসি ইং ১৯৪৭ গী সেপ্তেম্বর তাং ১৫ দা ইবা চিঠি অমা থারকদুনা ইদুকেসন অফিসকী হেদ ক্লার্কনা ঐতোন্না থডোক্লকখি।

শ্রীআর: কে: মাইপাকসনাগী লাইরিক 'মনিপুরদা ইহান হানবা সত্যাগ্রহ আন্দোলন" কৌবা লাইরিক অদুগী লমাই ১৯ দা ফিরালগী সত্যাগ্রহ অসিবু "ফিরাল অমসু তুপীগী আন্দোলন" হায়না ইরি। পমনা হ্রুবদা ইং ১৯৪৭ গী সেপ্তেম্বর তারিখ ১৫ দা কংগ্রেসনা থরনা শ্রীশ্রীগোবিন্দ থুরনা চংবদা মচু অহুমগী ফিরাল অমসুং গান্ধী তুপী লোয়নবা য়াম্বরগী শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী মন্দির অমসুং পোলোস গেৎকী মপানদা চনা হন্দুনা সত্যগ্রহ আন্দোলন তোংম্পোক কংগ্রেসকী কান্নবুনা তৌখিবনি।

আন্দোলন অসি তুংদা লাকদৌরিবা প্রজাগী মীহুৎনা লেম্বা সরকার অমা নৈগদবনি হায়না তৌখিবা অচৌবা আন্দোলন অদুগা মরী নৈনবরু অন্দোলন অসনা প্রজাগী শক্তিবু চপচানা থংহনখি। মনিপুরগী মহারাজগা য়ানবা অমা পুরকহুনা ইং ১৯৪৭ গী সেপ্তেম্বরগী তাং ১৯ দা হৌখিবা অন্দোলন অদু থা অদুগী তারিখ ২৪ দা লোইশিনখি।

মতাং অসিদা তোংম্পোক কংগ্রেস হায়বসি করিনো হায়বগী মতাংদা শ্রীরাজকুমার মাইপাকসনাগী লাইরিক্তা শন্দোক, ইরিবা অদু পাবীবা য়াগনি। অদুবু মসিগী মরমদা য়াম্না শমা থরদং ইজগে।

অহানবদদি মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেস অমত্তমক লৈরম্বনি। কংগ্রেস অসিদগী তোপ্পক কংগ্রেস হায়না খঙনবা কংগ্রেস অমা শেমদুনা কংগ্রেস অনী থোকখিবনি। অনী থোকখিবগী মরম ওইবা মরমদি ব্রিটিশ সরকারনা থাদোক্লবা মতুংদা মনিপুরগী লৈবাক শাকপগী থবক পুংহোনবা লাংদাই সরকার নত্রগা মরকী সরকার অমা শেমগী মতংদা মত থেমদুনা কায়নরকপানি। হায়রিবা লৈরম্বা কংগ্রেস অদুনা শ্রীপোৎশঙ্গম তোমাল সিংনা সভাপতি ওইরগা হাংদুনা তোমাল কংগ্রেস হায়না খঙনখি। ঐহাক্না তোপ্পক কংগ্রেসতা য়াওখি।

মতাং অসিদা ঐহাক্না সোসিয়েলিষ্ট পার্টিদগী তোকখিবগী মরমদা খরদং ইজগে। বি: এ: পরিক্ষা থারমলগা মনিপুরদা লেপ্লকলবা মতুং মতম খরগী মনুংদ সোসিয়েলিষ্ট পার্টি য়াওখি অমসুং মনিপুরগী সোসিয়েলিষ্ট পার্টিগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইখি। মতম অদুদা ভারত পুম্বগী ওইনা লৈবা সোসিয়েলিষ্ট পার্টি অসি জাতীয় কংগ্রেসকী মনুংদা লৈরম্মী, হায়রবদি কংগ্রেসগী মশা অমা ওইনা লৈরম্মী। পার্টি অসিগী মতম অদুগী লুচিংবশিংদি জয় প্রকাশ নারায়ন, ডাক্তর লোহিয়া, অশোক মেহুত, অরুনা আশ্রফ আলি, অসিনা চংবনি।

ইং ১৯৪৭ গী আগষ্ট তাং ২৩ দা শ্রীলাইশ্রম অচৌ সিংহগা লোয়নন্না নাগপুরদা সোসিয়েলিষ্ট পার্টিগী কনফরেন্স য়াওনবগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি। নাগপুরদা তাং ২৭ তা দুংখি। তাং ২৮, ২৯, ৩০ দা কনফরেন্স য়াওরগা তাং ৩১ দা নাগপুর থাদোকলগা ইম্ফাল হন্না লাকখি।

মতম খরগী মতুংদা সোসিয়েলিষ্ট পার্টি অসি কংগ্রেসকী মনুংদা লৈবা য়ানরকদুনা কংগ্রেসদগী চোংথোকতুনা তোঙানবা, মরমাই লেপচবা ভারত পুম্বগী ওইবা রাজনিতিগী দল অমা ওইনা চোংথোকখি। মনিপুরদসু মনিপুরগী সোসিয়েলিষ্ট পার্টি অসি মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসদগী তোঙানা চোংথোকখি। অদুবু ঐহাক্তি

চোংখোকপা৷ য়াওখিদে। কংগ্রেসকী মেম্বর ওইনা লৈহোই। ঐনা কংগ্রেসতা লৈহোৱা মরমদি মতম অদুগী মণিপুরগী রাজনীতিগী ফিভম অদুদা কংগ্রেসগী মপাঙ্গল শোয়দুনবা থবক তৌবা চুমদে, কংগ্রেসপু মপাঙ্গল কনখৎহনবনা প্রজাগী শক্তি কনখৎহনবা হেনগনি হায়না খন্দুনা ঐনা কংগ্রেসতা লৈহোই। মতাং অসিদা শ্রীলাইশ্রম অচৌ সিংগা ঐগা মঙ খেন্নখি। অদুবু ঐহাক্না তোমাল কংগ্রেসতা য়াওদনা তোম্পোক কংগ্রেসতা য়াওখি। মসিগী মরমদি তোম্পোক কংগ্রেসগী ৱারেপশিং হায়বাদ মনিপুরদা প্রজাগী ওইবা শাসন অমা পুরককনবা অমসুং মদু পুরকনবগীদমক অন্দোলন তৌগদবনি হায়বা অদু ঐগী ৰূপ থা ওইখি।

তোম্পোক কংগ্রেসকী ইহান হানব ৱাকিং কমিটিগী মেম্বর অমা ঐনা ওইখি। শ্রীএলাংবম তোম্পোক সিংনা সভাপতি ওইখি। শ্রীইরোম চন্দ্রহাস সিংনা জেনারল সেক্রেটরী ওইখি। ঐনা নীংশিংবা ওইদা অতোপ্পা মরু ওইবা লুচিংবশিংদ শ্রীশোগাইজম সমরেন্দ্র সিং, শ্রীখোকচোম অঙৌ, শ্রীখাইরাকপম গির সিং, শ্রীকারাম মাইপাকপী সিং, শ্রীলাইশ্রম অচৌ সিং, শ্রীনিংথৌজম লৈরেন (ডাক্তর), শ্রীক্ষেত্রি-ময়ুম নাবাং, রাজকুমার মাইপাকসনা, শ্রীখুমন্থেম মহেন্দ্র সিং, শ্রীওাঙোম তোমপোক সিং, রাজকুমার অঙৌসনা অসিনচিংবনি। শ্রীএলাংবম দেবেন্দ্র সিংসু কোম্না ৱাকিং কমিটিগী মেম্বর অমা ওইখি।

আন্দোলন অসিগী মরমদা শন্দোকনা ইজররোই। খংবিনিং-বশিংনা রাজকুমার মাইপাকসনাগী মথক্তা পনজখিবা লাইরিক অদু পাবীবা য়াগনি। অদুবু ঐনা শমতকনা অন্দোলন অসিগী মরমদা ঐনা মরু ওইনা থনবা মওং খরদি ইজগে।

মথক্তা হায়খিবগুমনা মনিপুরদা প্রজাগী মীহুৎশিংনা শেম্বা শাসন অমা লৈগদবনি হায়বা দাবী অসি তাম্নুনা ৱারেপ লৌদুনা আন্দোলন অসি তৌখিবনি।

মতাং অসিদা পনবা য়াবদি অসিনী মতুদি চৎথরিবা প্রজাগী অন্দোলন অসি তোম্পোক কংগ্রেসনা সরকার পায়রিবা তোঙাল কংগ্রেসকী সরকারগী মথক্তা তৌথবা ওইরবসু তোম্পোক কংগ্রেসকী লুচিংবশিং অমসুং ওইতে সদস্য অয়াম্বনা য়াইস্কুলগী হৌরগা ঈম্ফালগী নোংপোক থংবা মাইকৈদা লৈবা মীশিংনা অয়াম্বা ওইখি। অদুগা তোমাল কংগ্রেসকী লুচিংবশিং অমসুং সদস্যশিং অযাম্বনা থাই মাই-কৈগী মীশিংনা ওইখি। মরম অসিদগী অচৌবা মীয়ামদি অন্দোলন অসিবু থাই অমসুং য়াইস্কুল ওইনগী মরক্তা তুম্বা ওইনা উখ। অদুবু লমগী ওইনা মীচং চৎবা অদুগা মণিপুর পুম্নমকী য়াইফনবা গী দমক তৌবা প্রজাগী অন্দোলনদা হায়না থনবা থাই মাইকৈগী মরৈব ক নীংবা মী থবদি আন্দোলন অসিদা থোকাই য়াওনা য়াওখি। থুদম ওইনা শ্রীখুমন্থেম মহেন্দ্র, শ্রীপণ্ডিত বঙ্কবিহারী শর্ম্মা, শ্রীহাওবম তোম্পোক রাজকুমার অতোম্বা, সলাম গেনেন্দ্র, রাজকুমার সুরেন্দ্র, শানুলাই-লাৎপম বীর শর্ম্মা রাজকুমার নড়ম্বা, নাইন্দেবম অমুবা, শগোলাকপম তোম্বা শর্ম্মা অসিনচিংবনি। থোংচাদক তোম্বাগী মতম অদুদা নহা ওইরিবা থাই নাগা মপালদগী রাজকুমার বড়ম না মীয়ামগী মতাংশিংদা বা ওাতহনা আন্দোলন অদুবু শোংংখিবা অদু ঐনা নিংশিংলে।

অদোম্বা মও অমনা আন্দোলন অসি লৌগৎলকপদগী মুখিৎ ব্যানিমুক মতম অদুগী মহারাজকুমার প্রিয়ব্রতনা লুচিংবা সরকারনা পুলিসকী অকনবা শক্তি শীজিন্নখ্রে। আন্দোলন তৌরিবা প্রজাশিং অমসুং সরকারবু শোংংপা প্রজাশিং, কাংলুপ অনীগী ভলন্টিয়ারশিংনা হাকথেননা ইন্নথেংনহনা অমনা অমগী লমদা চং-হন্দনবা খিংবগী থবক্তি চৎথনখি।

থোইদোকপা মওং অমনা আন্দোলন তৌরিবা কাংবুনা হিংশাগী থবক থোক্লনবা হায়না চেকশিন্না হোংনখি। কনাগুম্বা মীশিংনা ইনবনচিংবা তৌরবসু থুং হন্দনা থাওখি।

মতুং অসিদা [illegible] হায়না [illegible] আন্দোলন অদু [illegible] চৎথৈ হায়না [illegible] শংগী থবক পাংথোকহনবগী অদুবু আন্দোলন অসিগী হৌজিকদাতি [illegible] থংগদা পুলিশনা অকনবা থবক থৌরাং পাংথোকখিবা। পুলিস অমসুং আসাম রাইফলসনা অকনবা থবক [illegible] আন্দোলন কাইথোকপগী [illegible] মাসিনা মরম ওইদুনা মহাত্মা [illegible] সরকারগী [illegible] অমসুং [illegible] উনরুনবা ঐহাকপু ডিল্লিদা থাখি। মাসিগী মতাংদা মথাদা থবাং হায়গনি।

— — —

## ডিল্লিগী খোঙচৎ

মণিপুরগী সরকারনা প্রজাগী আন্দোলন অদু নমথনবগীদমক পুলিস অমসুং আসাম রাইফলসগী অকনবা থবক পাংথোকপা য়াই হায়না চিংনদুনা ডিল্লিদা মহাত্মা গান্ধী, পণ্ডিত জহরলাল নেহরুনচিংবা সরকারগী অমসুং প্রজাগী নেতাশিং উনরুনবা মী অমা থাবা হায়না তোমপোক কংগ্রেসকী য়াবিং কমিতিনা লেপ্পনখি। কমিতিনা ঐহাকপু থনখি অমসুং ডিল্লিদা থাখি।

ইং ১৯৪৭ গী নবেম্বর তাং ৪ দা ঐহাকনা ইম্ফালদগী বস তোংদুনা ডিমাপুরদা থুংখি। আসামগী সোসিয়েলিষ্ট নেতা শ্রীশঙ্কর বরুবাগা উনরগা মহাক্না লোয়ননা ডিল্লিদা চৎননবা হায়না থৌরাং তৌরবনী। অদুবু শঙ্কর বরুবাদি হায়না গৌহাতিদগী কার তোংদুনা চৎলে হায়বা পাও কংখি। ঐহাকনা রেল গাড়িনা কলিকতাদা তাং ১২দা থুংখি। কলিকতাদা এম এ অমসুং এম এস সি তমদুনা লৈরম্বা ঐগী মরূপশিং মদনগোপাল শর্মা, চন্দ্রকান্ত তোমচাননচিংবদা শঙ্কর বরুবাগী মরমদা হংবদা কনা অমত্তনা বরুবাগা উনৈ হায়রিদে। মতুংদা কলিকতাগী

সোসিয়েলিষ্ট পার্তিগী অফিসদা সোসিয়েলিষ্ট লুচিংবা শ্রীবিপিন পাল দাসকা উনখি। শঙ্কর বকবাদি ডিল্লিগীদমক বফিকতা থাদোকখ্রে হায়না বিপিন পালনা হায়খি। ঐসু মুমিৎ অসিগী মুমিদাংগী পুং ৭ তাবদা রেল গাড়ীনা চাউরা স্তেশনগী ডিল্লি পাংবা চৎখি। মথংগী মুমিৎকী মুংদা পুং ৭ তাবা ডিল্লিদা থুংখি। শ্রীবকবাদি ডৌল্লীদা কনষ্টিতুসন হাউসতদা সোসিয়েলিষ্ট পার্টিগী মিটিং অমা য়াওদনা লৈরম্মী। মিটিং অসিদা সোসিয়েলিষ্ট লেতাশিং ডাক্তর লোহিয়া, অশোক মেহতা, আচ্যুত পটবর্ধন, গোরে অমসুং অতৈ লেতাশিংসু য়াওদুনা লৈরম্বা উখি। শঙ্করগা ঐগা পুম্না ডাক্তর লোহিয়াগা উনদুনা মহাত্মা গান্ধীগা উননবগীদমক বারী শান্নখি।

নবেম্বরগী তাং ১৬কী মুমিদাংবাইই পুং ৬ তাবা মতমদা ডাক্তর লোহিয়ানা শঙ্কর বকবা অমসুং ঐহাকপু মহাত্মা গান্ধি লৈরিবা বিরলা ভবনদা পুখি। মহাত্মা গান্ধীনা বিরলা ভবনগী কম্পাউণ্ডা ফুলীমচা অনীগী লোংবান্দা পাইদুনা হৌবা চাদুনা চৎলম্বা উদু ঐখোয়না উখি মহাত্মানা মচাকী কা মনুংদা চংলকুনা ফমথবা মতুংদা ডাক্তর লোহিয়ান পুক্তিন্দুনা ঐখোয় অনীসু কা মনুংদা চংখি। মহাত্মানা য়াম্না ভৌব খাদিগী ফিনা কুপশিনবা, লৈমাইদা থাবা ফমফমদা ফমদুনা লৈরম্ব অদু ঐখোইনা উখি। মহাত্মাবু খুং লোয়দুনা খুরুমজগা ঐখোই কদখি। মুমিৎ অদু নোংমাইজিং ওইবা মরমনা মহাত্মাদি মৌন ব্রং তৌরম্মী। ঐহাক্কা আন্দোলনগী মরীদা হায়না ইদুনা পুরকপা ে অদু মহাত্মাদা পীশিল্লগা মিনিত খরা প্রজাগী আন্দোলন অদুবু সরকার শক্তি শিজিন্নদুনা নমথহন্দনবা অমসুং প্রজাগী দাবি (অপাম্বা) অ পীননবা হায়জখি। মহাত্মানা চে অমদা খুৎনা ইরগা তাকপীখিং অদু লোহিয়ানা পারগা ঐখোইদা থজহনখি। মহাত্মানা মতুদ তাকপীখিবা অদু পণ্ডিত নেহরুদা হায়গে হায়বনি হায়না ঐখো নীংশিংঙি।

ঐখোইনা মহাত্মাবু থুরুহলগা মপান্দা খোরকলমদাইদা সর্দার পাতেলগা থেংনখি। সর্দারস্থ মহাত্মাবু দর্শন তৌবা লাকখিবনী। ড'ক্তর লোহিয়ানা ঐবু মণিপুরদগী লাকপনী, সর্দারবু উনজনীংঙি, মতম অমতং পীবীয়ু হায়খি। সর্দারনা হয়েং জন্নুক পুং ৫ তাবদা ময়দান্দা লাকউ হায়না তাবপীরকই। নভেম্বর থা অসিগী পুং ৫ তাবা মতমসি ডিল্লিদি হায়ম, উল্লি। অদুবু ঐখোয়না মতম চানা চংলনবা হোংলদুনা অংক পুং ৫ তাবদা শক্কর বক্ক্রাগা লেংযননা ময়দান্দা থুংখি। ঐখোইনা কেংটয়েং যেংবদা সর্দারনা ভারতকী মফম কয়াদগী মহাকপু উনবা লাকপা মীশিংনা মতুং ইল্লদুনা হবা চানা চংলম্বা অদু উখি। ঐখোয়স্থ চংশিন্দুনা মতুং ইনবা য়াওখি। উনবা লাকপা মীশিংবু সর্দারগী প্রাইভেট সেক্রেটরিনা চংন চংনা মথং মথং উননবা শিল্লম্বা অদু ঐখোয়না উখি। মণিপুরগী মতাং লাকপদা ঐনা সর্দারবদা মণিপুরগী শান্তি ওইনা চংথরিবা আন্দোলন অসিদা মণিপুর সরকারনা (ফোর্স) শিজিন্নদনবা অমসুং প্রজাগী দাবী পীননবা পাওচাক পীবীখো হায়না হায়জখি। সর্দারনা মুমা তাবীখি অমসুং হায়বীখি মহৃদি আন্দোলন অদু শান্তিপূর্ণ ওইরিকমথৈ সরকারনা শক্তি (ফোর্স) শিজিন্নরোই।

মতাং অসিদা সর্দারনা পাকিস্তান্দগী চেল্লকপা বাঙ্গালি মীচেলশিং থরদা তাকপীখিবা অদু ঐখোয়না তাবা ফংখি। সর্দারনা তাকপীখি—পঞ্জাবকী মীচেলশিংদি মশা মতোমতা হোৎনজদুনা মযুম মকৈ লিংবা ঙমগ্রে। নখোইদি করি অমতা হোৎনবা তৌদনা কপদুনা লৈবা অসি তৌগন্থ।

সর্দার পতেল উনরবা মতুংদা ঐখোইনা শ্রীপতাভি শীতারমিয়াগা উনখি। পন্ডিত নেহরুদি উননবা হোৎনবদা থুদোংচাবা ফংদদুনা উনরকখিদে।

নবেম্বর তাং ১৮ দা ঐহাকনা ডিল্লি থাদোক্লুনা ইম্ফাল তমা

লোকখি। কলিকতাদা অহিং অমা পেংথারগা গৌহাটিদা [illegible] অমুক থুংখি। মুমিদাং পুং ৮ তাবদা রেল গাড়ীনা গৌহাটি থাদোকখি। ডিমাপুরদগী তাং ২৪ গী অহিং পুং ১১ তাবদা বস তোংদুনা [illegible] মুমিদাং পুং ৯ তাবা মতমদ ইম্ফালদা থুংখি। ইম্ফালদা থুংলবা ঐহাক্না ডিল্লিদা মহাত্মা গান্ধি, সর্দার প্যাটেলদি চিংবগা উনবা [illegible] পাও অদু মীয়ামগী সভা অমদা তনখি।

নভেম্বরগী তাং ২০ দা হায়বদি, ঐহাক্না ডিল্লিদগী ইম্ফালদা, থুংলবা মতুং নোংমা কোনবদা মচেল অদুগী [illegible] শ্রীদেবেশ্বর শর্মানা প্রজাগী আন্দোলন [illegible] দাগী ১২২৮ [illegible] লনগী [illegible] বারী [illegible] এজেন্টনা ডিল্লিদগী পাওতাক [illegible] ঐহাক্না [illegible] বারী শানরবা মতুংদা [illegible] কাংলাসকী কাংটিনা প্রজাগী আন্দোলন অদু নভেম্বরগী তাং ২৬ তা লোইশিল্লবা বারেপ লৌখি অমসুং তারিক অসিদা আন্দোলন লোইশিনখি [illegible] তারিক ২৮ দা আন্দোলন মাই পাকনা লোইশিনবগীদমক মু ডাইবা ফেংদোকপগী মীয়ামগী অচৌবা সভা অমা ফমখি।

মতং অসিদা ঐগী মণিপুরগী মচুংদা অমসুং মপান্দা ছাত্রগী লুচিংবা অমা ওইনা পোৎথাবা লৈতনা থবক কয়া নোমখিবা রাম্না মহৈ মানবা পুন্সি অমসুং ছাত্র ওইবা তেকপগা মণিপুরগী রাজনিতিগী লানকমদা চোংশিন্দুনা প্রজাগী আন্দোলন ফাওবা য়াওখিবা ঐগী রাম্না য়াওবা অমসুং থবক য়াম্না কনবা পুন্সি অদু লোইশিনখি।

থাঙ্গেংবমক ইং ১৯৪০ দগী ১৯৪২ ফাওবা অমসুং ইং ১৯৪৫ দগী ১৯৪৭ ফাওবা চহি ৪ অসি ঐগী পুন্সিদা থোইদোক হেন্দোক্না মহৈ মানখিবা মতম্নী। ইং ১৯৪০ দা মেট্রিক পরিক্ষাদা টার ফংদুনা কলিকতাদা মণিপুর সরকারগী স্কোলাশিপ অমসুং সিটি কলেজগী স্টাইপেন্দ ফংদুনা আই এ তমখি। মতম অসিদা মণিপুর ছাত্র

সম্মেলনগী জেনরেল সেক্রেটরীসু ওইখি। আসামগী মেকোক ওইবা কলেজ ওইরিবা কটন কলেজগী ছাত্র ইউনিয়নগী জেনরেল সেক্রেটরিসু ওইখি হায়রবসি মথক্কুন্না হায়জরে। অরোইবদা অকনবা রাজনীতিগী আন্দোলন য়াওদুনা আ.ন্দোলন অদু মাইপাক্না লোইশিনবা ফাওবা য়াওরমলগা রাজনিতিদগী পোথাখি হায়বা অসিসু মথক্কা হায়জরে।

—————

# ৪শুবা পন্দুপ।

## লুহোংবা

ইং ১৯৪৭ গী ডিসেম্বর তাং ১৫ দা পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্মাগী মচানুপী অহন শ্রীমতি দেবীগা লুহোংদুনা য়ুম পানবগী পুন্সদা খোংদাখি। ঐখোই অনীগী ইচানুপা মরি অমসুং ইচানুপী অমা পোকই। ইচানুপাশিংগী মমিংনা অরুনকুমার, হেমন্তকুমার, কৃষ্ণ-গোপাল অমসুং সুনিতি কুমারনী। ইচানুপীনা উষারানী দেবীনী।

—————

## সরকারগী থবক তৌবা (কর্মাচারী) অমগী পুন্সি।

ইং ১৯৪৮ গী জুন তাং ২দা কো-ওপরেটিভ ইনাস্পেক্তর অমা ওইনা মনিপুর সরকারগী কর্মচারী ওইখি। ঐহাকনা মনিপুরগী ইহান হানবা কো-ওপরেতিভ ইনস্পেক্তরনী। মতম অদুদা মহারাজ প্রিয়ব্রত সিংহনা চীফ মিনিস্তর ওইরম্মী। ঐনা ইনস্পেক্তর ওইবা মতম অদিদা কো-ওপরেতিভগী তোঙানবা ডিপার্টমেন্ট লৈরমদে দলির রেজিস্ট্রর তৌবগী ডিপার্টমেন্টগী মথাদা লৈরম্মী। অসামদগী

থবক্কী পোৎথাৱবা শ্রীহাজারিকা কৌবা ওফিসার অমবু এসিস্টেন্ট কো-ওপরেতিফ রেজিস্ত্রার হাপ্লগা কো-ওপরেতিভ সোসাইতি রেজিষ্টার তৌবগী থবক শিন্নরম্মী। মতুংদা ঐহাকনা মথং মথং ওইনা মখাদা হায়রীবা অফিসারশিং ওইখি, মতুংদা — থৌবাল কম্যুনিতি প্রোজেক্কী সুপরভাইজর, ইম্ফাল ইষ্ট ডিভেলপমেন্ট ব্লোক্কী ব্লোক ডিভেলপমেন্ট ওফিসার, পঞ্চায়ত ওফিসার, ডিপুতি সেতলমেন্ত ওফিসার, ইম্ফাল বেষ্টগী এস ডি.ও, ইলেকসন ওফিসার এডিসনেল ডিষ্ট্রিক্ট ম্যাজিস্ত্রেট, কো-ওপরেতিভ রেজিস্ত্রার, ডাইরেক্টর ওফ সর্ভে ১সুং সেতলমেন্ত, মনিপুর সরকারগী জোইন্ট সেক্রেটরী, রিভিনিউ সেক্রেটরী অমসুং লেবর সেক্রেটরী। ঐনা জোইন্ত সেক্রেটরী (হোম অমসুং জি এ ডি) ওইরিবগী মতমদা আই এ এস প্রোমোশন ফংখি। মথক্তা হায়রিবা থবকশিং অসিগী মনুংদা পঞ্চায়ত ওফিসার অসিদি মনিপুরদা ঐনা ইহান হানবনী মনিপুর সরকারনা ঐহাকপু উত্তর প্রদেশকী প্রশাসন গড়দা ত্রেনিং থাখি। ত্রিপুরাদসু পঞ্চায়তকী ইলেক্শন য়েংবা চৎহনখি। ঐনা পঞ্চায়ত ইলেকসন অনৌবক তৌখি। ঐহাকনা চহি ১১ চুপনা পঞ্চায়ত ওফিসার ওইনা থবক পুখি। অতোপ্পা পনবা য়াবা অমদি — ঐগী ইশগী থবক অদুগী মথক্তা অতোপ্পা ওফিসারগী থবকসু ঐহাকপু তোয়না পুহনখি। খুদম ওইনা পঞ্চায়ত ওফিসার ওইরিঙৈদা রাস্ত্রপতিগী শাসনগী মতমদা ইম্ফাল মিউনিসিপালিতিগী ওফিসার ইন-চার্জ ওইনা চহি ৩ লোম পুখি। ওফিসার ইন চার্জ ওইনা ঐনা মিউনিসিপাল বোর্ডগী শক্তি পুম্নমক পায়খি। হৌজিক লৈরিবা গান্ধী মেমোরিয়েল হোল অসি ঐনা ওফিসার ইন-চার্জ ওইরিঙৈদা শাবা লৌইশিন্দুনা শংগাখিবনী। অসুমনা এনিমেল হসবেন্দরি অমসুং ভেতিনিয়ারী ডিপার্টমেন্তগী জোইন সেক্রেটরী ওইরিঙৈদা দাইরেক্তোরেৎ অসিগী ডাইরেক্টরগী ফম অমু হাওদনুনা চহি অনীরোম ভেতেরিনারী অমসুং

এনি'মল হসবেন্ড্রিগী ডাইরেক্টর ওইনসু থবক পুখি। ঐনা য়ামনা নুংঙাইখিবদি ডিপার্টমেন্ত অমসুং মিউনিসিপালিতিগী ওফিসারশিং অহূনা মতেং নীংথিমা পাংথনা থবকশিং অসি ঐনা য়ামনা নীংবী থুংনা পুখি।

ঐনা সরকারগী ওফিস'র অমা ওইনা থবক তৌখিবা অসিদা ঐঙোন্দা য়ামনা পেনবা অমদি মশিনী মহুদি থবকশিং অসীগী মনুংদা থবক থৌরদী অচৌবগী হেন্না ঐগী পুকনীংন' প'ম্বা অমসুং ঐগী পুকনীংগা চানবা ওইখী। খুদম ওইনা কো-ওপরেটীভ রেজীষ্ট্রারগী থবক, পঞ্চায়ত ওফীসাবগী থবক অমসুং বী ডী ওগী থবক অসি প্রজাশিংগী য়াইফানবগী, থোইদোক হেন্দোকনা খুঙ্গং শেমগৎ শাগৎপগী থবক্কা মরী লৈনবা ওইবনা ঐহাক্কা য়াম্না পকনখি হায়বদি ঐগী বাখলগা চানখি। থবকশিং অসিগী মনুংদা বি ডি ওগী অমসুং পঞ্চায়ত ওফিসারগী থবক অসিদা নীংতম্বা ভারতকী সরকারনা য়াম্না মরু ওইনা থনবা অমসুং প্রায়থৎখিবা থবক ওইবনা ভারত সরকারনা ওফিসারশিংবু ত্রেনং কয়া পীনবা থোরাং তৌখি অমসুং পীখি। খুঙ্গং শেমগৎপদা মরী লৈনবা ওফিসারশিং হাপ্পা মতমদা থবক অহূগা চানগদবা মী থল্লগা হাপখি। ঐহাক্তি ছাত্র ওইরিঙৈদগী ছৌনা প্রজাগী থবক তৌবদা অপাম্বা লৈরকপা মরমনা হায়রিবা প্রজাশিংবু শেমগৎ শাগৎপগা মরী লৈনবা থবকশিং অসি পুরদা ঐহাকনা মহৈ য়ানবা ওফিসার ওইখি হায়নদা হেক্নিন্না হায়বা ওইরোই। কো-ওপরেটীভ রেজীস্ত্রারগী থবকসু ঐনা মতম শাংনা পুখী। মতাং অসীদা মীংশিংবা য়াবা অমদি ঐহাকনা মনিপুরগী অহানবা কো-ওপরেতিভ ইনস্পেক্টর অমা ওইরিঙৈদা আসামদগী লাকখিবা হাজারিকানা হনগ্রবা মতুংদা ই পি মূন কৌবা ইংলেণ্ডগী লাকপা মনিপুরগী চিক কমিশনার ওইখিবা অহূনা কো-ওপরেতিভ রেজিস্ত্রারগী থবকসু পুরম্মী। ঐহাক্কিপু কম্যুনিতি প্রোজেক্টগী সুপরভাইজর ওইনা থল্লবসি ই পি মূন সাহেবি

অসিননী। ঐহাকনা মহাক্কী হেক মথাদা হাকথেংননা লৈবা খো-ওপরেতিভগী ওফিসার অমা ওইনা থবক তৌরিঙৈদা মহাকনা হায়রম্মী— "খুঙ্গং শেমগৎপগী থংকা চানগনী খন্দুনা ঐনা নহাক্ক থবক অসিগী থনবনী।" থাংজৈশেংনা মহাকনা হায়বা অদু চুমখি। খুঙ্গং শেমগৎপগী থবকশিং কম্যুনিতি প্রোজেক্ত, পঞ্চায়তিরাজক-চিংবগা ঐহাক্কা য়ামনা চানখি- খল্লি।

মসি হায় হায়দুনা ঐহাকনা ঐনা পাক্ষরম্বা রিভীনিউগী থবকশিং হায়বদি, সর্ভে অমসুং সেতলমেন্তগী ডাইরেক্তর, আইন রক্ষাগী ওইবা এস ডি ও, এ ডি এম, জোইন্ত সেক্রেটরী ( হোম ), একসাইজ অমসুং রিভিন্যু সেক্রেটরীনচিংবগী থবকশিং অসিবু হন্দুনা য়েংবগী থা নত্তে। থবকশিং অসিনা শেমগৎ শাগৎপগী থবকশিংদগী শক্তি হেন্না লৈবা অমসুং মীনা ইকাইখুম্নবা থবকশিংনী। ঐহাকনা থবকশিং অসিগীসু চপ চানা অফবা ওফিসার ওইদুনা ঐগী ইথৌ পাংথোকখি। তৌবতবু ঐনা চহি ৩২ রোমগী সরকারগী ওফিসার অমগী পুন্সীদা চহি কুনলোমদি শেমগৎ শাগৎপগা মরী লৈনবা ওফিসার অমা ওইখি। মতাং অসিদা ঐনা নীংশিংলকখী মহুদি মীশিংগী স্বভাব অসি অমগা অমগা মান্নদে। স্বভাব হায়বদি মী অমগী পোকপদগী লোইনরকপা পুকনীংগী মওং অদুনী। স্বভাব অসি হোংবা য়ামনা লুই। সরকারগী সেক্রেটরী অমা ওইবগী গুণ অদুগা পুন্সিগী ওফিসার অমা ওই বগী গুণ অদুগা খেন্নব থরা লৈ। ভগবদগীতাগী স্বধর্ম অসি স্বভাবগী মতুং ইন্নবনী। গীতানা তাকপী 'স্বধর্ম তৌ'। মী অমনা পুন্সি মহৈ য়ানগে হায় রবদি স্বধর্ম তৌগদবনী, অতোপ্পগী ধর্ম তৌরোইদবনী হায়না গীতানা তাকপী। মসিগী মতুং ইন্না খুঙ্গং শেমগৎ শাগৎপগী থবকশিং থরা হেন্না পাকথোকনা হায়রগা, মীগী মমচৎ, রাথল শেমগা মরী লৈনবা থবকশিং অসিনা ঐগী স্বধর্মগা নকনবা থরা হেল্লি খল্লি। মতাং অসিদা ঐনা নীংশিংলকপা অমা লৈ মহুদি ঐহাকনা ইম্ফাল ইষ্টগী বি ডি এ

চৎ্‌চ মন্তারোম ওইরিবুদা থুনা চাওখৎনবগী থবকী মশক ওইবা ঐগী ইশাগী অসি মাঙনা থাংই য়াউনা পাওশংকপা উমদগী কনাগুম্বা রাজনীতিগী লুচিংবা অমনা ঐহাকনা মীখলগী মীরেপ অমা ওইনবা তোৎনশিন্না হায়না থনবা য়াওখি। থাংগৈশেংবদি মতম অদুদা ঐহাকী অশিংগুম্বা রাখল শুকলৈ লৈবমদে।

ট্রেনীং :— নীংতম্বা ভারতনা থুনং শেমগৎ-শাগৎপগী থবক পায়খৎখিবা অসি দর্শন নত্রগা মংগী ওইবা রাখ'স্থান অমগা লোয়-ননা পায়খৎখিবনী। থবক পাংথোকনবগী পোৎরম, চৈ-শিংবা ভহুত্তা নত্তনা থৌরম অহু পাযখৎপগী মিৎয়েং, মংগী রাখল্লোন অত্তুদি থুনংসু শেমগৎপগী থবক্তা থোংদারিবা মীশিংনা থৎনবা য়াদে। মসিগী-দমক সয়কারনা ভারতকী মফম কয়াদা ট্রেনিং সেন্তরশিং লিংখৎখি অমসুং মরী লৈনবা ওফিসারশিংদা ট্রেনিং পীখি। ঐহাক ইশামক ভারতকী ইহান হানবা ট্রেনিং সেন্তর অহুমগী মনুংদা অমা ওইরিবা বর্দ্ধমান্দা ট্রেনিং য়াওখি। মতুংদা বিহারগী রাঞ্চিদা, পশ্চিম বাঙ্গালগী কল্যানীদা অমসুং উত্তর প্রদেশগী রাজপুরদা থুনং শেমগৎপগী অমসুং পঞ্চায়ত্তি রাজগী ট্রেনিং চৎখি। ট্রেনিং সেন্তরশিং অসিদা ভারতকী তোঙান তোঙ নবা মফমদগী ওফিসারশিংনা লৈমিন চামিন-নহুনা অমগা অমগা মুংশিননা লৈমিন্নবগী রাখলসু পোকহনখি। থাংগৈভশেংবমক, রাখল হোংহনবা হায়বশি ট্রেনিংগী মরু ওইবা পান্দম অমনী।

হায়দ্রাবাদকী নত্তনা অতৈগী হায়বদি বর্দ্ধমানগী, বাজপুরগী অমসুং রাঞ্চিগী ট্রেনিংশিং অসিদা অমুক্তা পুং ১ রোমগী থুৎনা থবক শুবগী ( অমদানগী ) থৌরম ( প্রোগ্রাম ) অমা হুমিৎ থুদিংগী য়াওই। মসিগী মরমদি বৃতিশ সরকারগী মথাদা লৈবা মতমদা ওফিসারগী থবক তৌবা মীশিং অসিদা বাবু শাবগী, থুৎনা থবক ৎনীংদবগী হৈনবী অমা পোকহনখি। থুৎনা থবক নোম্বা অসিবু অচোম্বা ওইনা

থম্নখি। মসিগী ফত্তবা হৈনবী অসি নোংচুপলোমগী লৈবাক্তা লৈতে। ভারতা পাম্বা অচৌবা সাহেবশিং অসিতনা ভারতকী মুচু মুবা সাহেবশিংদা তম্বীরক্নী। অসিগুম্বা অতনবগী থবক তৌনীংদবগী হৈনবী অসি মাঙহনখিনবা মনীং তম্নবা ভারতকী মুচিংবশিংনা অন-দানগী থৌরম অসি হৌদোকখি।

মতাং অসিদা পনবা য়াই মতুংদা মনিপুরদগী ট্রেনিং য়াওখিবা শ্রীমুতুম রাধেশ্যামনা বন্ধুনা। ট্রেনিং সেন্তরদা পরিক্ষাদা মকোক ওইখি, শ্রীঅহেম নি-মনিনা আসামদা মকোক ওইখি। ঐহাকসু মকোক ওইদ্রবসু ঐগী অইবা পেপর (চে) খ্বাইদগী ফবা চেনি হায়না কল্যানিগী ট্রেনিং সেন্তরদ প্রিনসিপালনা থাগৎখি। বদ্ধমানদা অচৌ-বা কায়নবগী সভাদা ঐনা কায়নবগী বা ওংহনা প্রিনসিপালনা ঐবু কোনবীখি। ঐনা য়াম্নরদা সেন্তরশিং অসিগী মনুংদা ভারত পুম্নমকী ওইবা, ভারতকী মক্ষন পুম্নমক্তগী ও ফসার য়াওবা সেন্তরদি রাঁচিদা বি ডি ও শিংগী ট্রেনিং সেন্তর অমসুং উত্তর প্রদেশগী হিমালয়গী চৌওখোংদা লৈবা বাজপুরদা লৈবা ট্রেনিং সেন্তর অদুনী। ট্রেনিং সেন্তর অনীসিনসু ঐনা মতিক চানা ট্রেনিংগী থৌরমশিংদা শরুক য়াখি।

ঐনা য়াওখিবা ট্রেনিং কোর্সশিংগী মনুংদা ইং ১৯৭৭ তা হায়দ্রাবাদগী বাজেন্দ্রনাগরদা নেসনেল ইন্সিটুট্যুদ ওফ কম্যুনিতি দি-ভেলপমেন্তদা সেন্তলমেন্ত ডাইরেক্তরশিংগী চয়োল অনিগী অত্তেনবা ট্রেনিং কোর্স অদুনা খ্বাইদগী বাংবা থাকী ট্রেনিংনী। মসিদা দু'ভাইত্তবা থৌদোক অমা থোকখি। ট্রেনিং য়াওরিবা ওফিসার অমনা ইন্স্তিত্যুদ অদুগী ডিনদা অকনবা বা থরা ভাংলুবদগী বারৌদুনা ডিম্না পীগনী হায়না তৌরম্বা দিম্নর অদু ককথংখি।

সরকারগী কর্ম্মচারিশিং অমসুং খুন্দংগী প্রজাশিংগী মরক্তা অকবা মরী লৈহনবদা মীরৈবাকী লোইচনবা বৃতিশ সরকারগী ওফিসার অচৌবা

অমসুং নচ'শি'না ভারতকী প্রজা শিংবু হখন, মিৎয়েংনা য়েংলম্মী হায়
বসিদি অহুম বানী। মরম অহনা ভারতনা মনীং তম্বা লৈবাক অমা
ওইরবা মতমদদি সরকারগী থবক তৌবা মীশিংগা প্রজাগা অনিগী
মরক্তা অফবা মরী লৈগদবনী হায়দসি ঐখোইগী নুংচিংবা শংনা খঙহনা
মরী অদু ফগৎনবা পাওতাক কয়া পীখি। মরু ওইনা খুদং শেমগৎ-
শাগৎপগী থবক তৌবা সরকারগী থবক তৌবা মীশিংদা খুদংগী
প্রকাশিংদা মরুপ মপাং ওইবগী মিংসেং থমনবা পাওতাক পীখি।
বৃটিশগী মখাদা লৈরিবদি সরকারগী থবক তৌবশিংনা খুঙ্গদা খাজনা
খোমদনী হেন্না শেমগৎ শাগৎপগী থাক পায়থংলমদে। মরম অসিদগী
সরকারগী থবক তৌবশিংবু কি তুক্চনা য়েংলম্মী। নীংতমলবা ভারত
কী ওফিসকী মীশিংনা মিংযেং অসি চেং দোক্তুনা মরুপ-মপাং ওইবগী
মিৎয়েংনা য়েংগদবনী হায়বসি কম্যুনিটি প্রোজেক্ট পায়থংলকপা
মতমদা পীখিবা মরু ওইবা পাওতাকনী। মতুংদা পাওতাক অসি
ব্লোককী থাক্তা থবক তৌবা মীশিংদতা পীরনবি মতিক চানা কান্নবা
কংলরোই খঙহনা সরকারগী অবাংবা থাক্তা থবক তৌবা আই এ এস
ওফিসারনচিংবদা মুসৌরিদা, মতুংদা হায়দরাবাদতা লৈবা অবাংবা
থাককী ট্রেনিং সেন্টরদা পাওতাক অসি পীখিবনী। অদুম তৌনা
সরকারগী ওফিসারশিং অমসুং প্রজা অনিগী মরক্তা অফবা মরী
থমনবী থবক পায়থংখি। মরী অদু ফনা য়াম্না ফগৎখি খল্লি।

অদুবু হৌজিক্কী মতম অসিদা মরী অদু থরা অমুক ফত্তবা
মাইকৈরোমদা হনজিল্লরা হায়বসি খন্নীংঙাই ওইররা খল্লি। মরমদি
হৌজিক্কী মতমদা লেপ্পা থুমজাগী অমোৎপগী থাক অসি য়াম্না বাংগ্রে
হায়বসি খঙনরবা বাকমনী। অমোৎপা অসি হায়মনু লৈরবদবা নত্তে।
অহবু মতম অসিদা অমোৎপা অসিগী থাক অসি অসুপকী মতিক
বাংগ্রে থরদি লৈপা পায়জদবা মিশিংদি ফংকম খোকপা শরুক
(অধিকার) ইফং ফংগ্রে হায়বা য়াই। মসিথকনা সরকারগী শক্তি

পায়বশিংগা প্রজাশিংগা অনিগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অসি ফংহল্লে হায়বা অসিদি মশানা তারবনী। মরম অদুন লৈবাকী অমসুং প্রজাগী ফনবা থনবা মী পুন্নমকনা মতৌ করম তৌরগা শেঙ্গা থুনজাগী অমোংপা অসি হন্থহনগদগে হায়বসি থন্নবা চুম্মী। মতাং অসিদা অমত্তং হায়জনিংঙি মদুদি অমোংপা অসি আইন শেম্বা ঙাক্তনা কোকহনবা ওমলোই, মরমদি আইনশ পুক্নিংগী অমোংপা কে কহনবা ঙমদে। মসি চুমলবা র যমনী, পুকনিং শেংবগী চাং মতুং ইন্না শেঙ্গা থুংজগী অমোংপা অসিগী চাং অসি লৈবাক লৈবাকশিংগী মরক্তা অমসুং লৈবাক অমগী মনুংদম্ব থেন্নবা লৈ।

পুকনিংগী অমোংপা কোকহনন্নবগী মরু ওইবা পাপ্পদি ঈশ্বরদা থাজবা অমসুং মীওইবগী কর্ম্মগী ফলদা থাজবা অসিনী। পাপকী থবক তৌবা মীশিংনা মপোক অসিদা নত্রবস্থ মথংগী মপোকশিংদা অবাবা হন্থবা মপোক ফংগনী হায়বা কর্মগী নিয়ম অসি ঐখোইগী ভারতকী সনাতন ধর্ম্মগী য়ামনা মরু ওইবা নিয়মনী। হন্দকী মপোক অসিদা হৌখিবা কর্ম্মগী ফল চাহুনা থরা নুংঙাইজরবস্থ মতুংগী মপোকদি মত্তনা কর্ম্মগী ফল চাহুনা অবাবা মথল মথল ফংগনি হায়বসি থাজরবদি কত্তবা কর্ম্ম তৌরোই। তৌরবস্থ কত্তবগী চাং হন্থনা তৌগনী। মতাং অসিদা কনাগুম্বা মীশিংনা অমোংপাপী থবক তৌবা অসি থরুতং তৌরবস্থ য়ামনা তৌরবস্থ চপ মান্নে হায়বা বাখল অমা তৌই। মদু অরানবা পাওতাকনী হায়বসি মশানা তারবনী। অরানবা থবক তৌবগী চাং অদু থেন্নবগী মতুং ইন্না কংগদবা দণ্ডগী চাংদু থেরৈ।

সরকারগী থবক তৌরিবৈঙদা তীর্থ চৎপা :— ইং ১৯৬৭ ওক্তোবর তারিখ ২৩ দা ঐগী ইবাই অনি, অজা তুলেশ্বর অমসুং থমনাম তাদ মথুপা লোয়ননা ঐগী গুরু অনি পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা অমসুং ঐন্থ পোকপা পাবুং অমসুং ইমাগী অস্থি পুন্থনা শ্রীধাম নবদ্বীপ,

জগন্নাথ ক্ষেত্র, রামেশ্বরম, রাধাকুণ্ড, বৃন্দাবন, হরিদ্বার অমসুং হৃষিকেশদা তীর্থ চৎলি।

ইং ১৯৭৯ গী জান্যুয়ারি তাং ১১ দসু ঐগী লাইনবী শ্রীমতি দেবী অমদি ইচানুপা কৃষ্ণগোপালগা লোয়ননা সংবাদগী শেলগী মতেং থরা লৌদুনা নবদ্বীপ জগন্নাথ ক্ষেত্র, রাধাকুণ্ড গোবর্দ্ধন, বৃন্দাবন হরিদ্বার অমসুং হৃষিকেশদা তীর্থ চৎলি। তাং ২৬।১।৮০ ইংদা চিত্রদা বিপ ব্লক তৌবী প্রোসেসনদু ঐখোইনা উরকই

ইং ১৯৮০ গী জুনগী তাং ৩০দা মনিপুর সরকারগী সেক্রেটরী অমা থবক তৌরদগী পেনসন লৌদুনা পোংথাখি।

## ৫ শুবা পন্দুপ।

### সরকারগী থবক্তগী পোংথাবা মতুং।

ইং ১৯৮০ গী জুনগী তাং ৩০ দা মনিপুর সরকারগী সেক্রেটরি অমা ওইবদগী পেনসন লৌদুনা সরকারগী থবক্তগী পোংথাখি। থবক্তগী পোংথাবা মতুং ইকুই কুইদনা হিন্দু ধর্ম্মগা মরি লৈনদা থবক থৌরদা ঐনা পুক্নিং চংখি। ইং ১৯৮০-৮১ দা হিন্দু ধর্ম্মবু যাদবা মৈতৈগী অরিবা ধর্ম্ম চৎপা ক্লাংলুপ অমনা হিন্দু ধর্ম্মগী মাইয়োক্না অকনবা থবক থৌরং চৎথখি। চৎথখিবা থবকশিং অদুগী মরক্তদা খ্বাইদগী থক্লোই লোকনীংঙাই ওইবদি হিন্দুগী লাইশিংগী মন্দিরদা লাংলিবা লাইগী মূর্ত্তিশিং থুগাইখিবা অদুনী। মসিগী মথক্তা, হিন্দুগী লাইফমশিংবু মৈতৈগী অরিবা লাইশিংগী খুভমনি হায়না শীংনরকখি। ইম্ফাল সহরগী ময়াইদা লৈবা মন্ডপ শাংনা মহাবলি উমং হায়না কৌদুনা হনুমান ঠাকুরগী অশেংবা খুভমনী হায়না খুক্ষনরকলবা হিন্দুগী লাইফম অসিবু মেংবা হনবা কৌবা মৈতৈগী অরিবা খুভমনী

হায়না শীংনরকখি। চুমনা শীংনবতা নত্তনা মীয়ামগী শক্তি শিজিন্নহুনা মুনগনী হায়না ভোবকখি। পাও অসি ফংবদগী মহাবলি সেবা সামিতিনা শিন-নাংহুনা মনিপুরগী হিন্দু ধর্মবু কুংশিজবা মীয়াম হৌহুনা মীয়ামগী খোংচং (সভা যাত্রা) অমা য়াৎনা চাওনা চংখি। মীয়ামগী সভা কয়া ফমহুনা হিন্দু ধর্মনা য়েংথৌবগী থবকশিং অসিবু য়ানিংদবা ফাংদোকখি। মহুদা ঐহাকসু থবাই হাওনা শরুক য়াখি।

## মনিপুরগী অহানবা রাজ্য হিন্দু সম্মেলন।

মনিপুরদা হিন্দু ধর্ম চংপা মীশিংগী মথক্তা হিংসাগী থবকশিং চংথরকপা অহ থিংননবগীদমক অমসুং হিন্দু ধর্মগী ফজরবা বাখল, মিৎয়েং অসি নিংশংহল্লবগীদমক হিন্দু ধর্মগা মরী লৈনবা সংস্থান পুম্নমক পুনশিন্দুনা ইং ১৯৮১ গী ডিসম্বর তাং ৪০ ৫ অমসুং ৬ তা ইম্ফাল সহরগী ময়াইদা লৈবা মপান কাংজেবুং ময়াদা অহানবা হিন্দু সম্মেলন অমা পাংথোকখি। মশিবু মনিপুর রাজ্য হিন্দু সম্মেলন হায়না কৌখ। সম্মেলন অসি য়ামনা মহৈ য়ানখি। মনিপুরগী হিন্দুশিংগী মীয়ামগী ঙাকনবা ইহৌ অমা ওহাখ। বিশ্ব হিন্দু পরিষদকী মীহুৎ থরসু মসিদা য়াওখ। সম্মেলন অসি য়ামনা মহৈ য়াম্না পাংথোকখিবা অসিদা বিশ্ব হিন্দু পরিষদকী প্রচারক থরনা য়ামনা মতেং পাংখি। জগদগুরু স্বামী বিশ্বেসতীর্থসু ঐথোইনা হায়জরকবদগী লেংঙকখী অমসুং মমল যামলবা পাওতাক পীবীখি। ঐহাকনা সম্পাদক ওইহুনা লামাই ২০০ হেম্না পানবা স্মারকা (সৌভিনীর) অমসু ফোংখি।

থোইদোক হেন্দোকনা পনবা য়াবখি সম্মেলন অসিগী অচৌবা গেত (হোজং) অহুনী। শ্রীগোবিন্দজীউগী মন্দিরগী মণ্ডং মামা শাথবা হোজং মহুনা মীয়ামগী মিৎয়েং চিংশিনখি।

২শুবা রাজ্য হিন্দু সম্মেলন।

ই, ১৯৯৪ দা অনীশুবা রাজ্য হিন্দু সম্মেলন পাংথোকখি। সম্মেলন অসিগী স্মারিকা (সৌভিনীর) গী সম্পাদক ঐহাকনা ওইখি। সম্মেলন অসিদগী বিশ্ব-হিন্দু পরিষদকী মীহুৎশিংসু য়াওখি। মনিপুরগী মরু ওইবা হিন্দু ধর্মগী খুঁচংবা কয়াসু খন-নৈনবদা শরুক য়াখি। অহানবা রাজ্য হিন্দু সম্মেলনদা তৌবগুমনা অনীশুবা সম্মেলন অসিসু মনিপুরগী হিন্দু ধর্মবু সুংশিবা সংস্থান কয়াগী মী-হুৎশিং অমসুং লমাই হিন্দু লুচিংবা কয়া য়াওনা শেমখিবা কমিতি অমনা শিন-লাওহনা পাংথোকখিবনী। সম্মেলন অসিসু অহানবা সম্মেলন অহুনা চাওবা খর দ থেঙ্গরশু, রামনা মহৈ য়ানবা অমসুং অচৌবা অমা ওইখি। মাসনা মনিপুরগী হিন্দুশিংদা অনৌবা থৌনা হাপখি।

ইং ১৯৮০ গী রামকৃষ্ণ মিসনগী পৃথিবীগী ওইবা কনভেনসন য়াওবা :—

ইং ১৯৮০ গী ডিসেম্বর তাং ২৩ দগী তাং ২৯ ফাওবা কলিকতাদা রামকৃষ্ণ মিসনগী পৃথিবীগী ওইবা অচৌবা কনভেনসন অমা ফমখি। মতুদা মনিপুরদগী য়াওখিবা মনিপুর বিবেকানন্দ কেন্দ্রগী মীহুৎ মভাগী মমুংদা ঐসু য়াওখি। কনভেনসন অসিগী নেতাজী ইন্দোর স্তদিয়মদা পাংথোকখিবা ধর্ম সম্প্রদায় পুম্নমকী মীহুৎশিং য়াওরবা ফজত্রবা সভা অমদা শ্রীএলাংবম নীলকণ্ঠ সিংহনা ফজনা ভাংখি। শ্রীকোংব্রাইলাৎপম মধুমঙ্গল শর্মনা বেলুরমঠতা পাংথোকখীবা অকোংবা সভাদা ফজনা ভাংখী। কনভেনসন অসীদা পৃথীবীগী মৈবাক পুম্নমক্কী রাম কৃষ্ণ মিসনগী স্বামীশিং অমসুং ভক্তশিং লাক্লনা য়ামনা মপুং ফাবা অমা ওইখি। ঐখোইনা কনভেনসন অসি য়াওবগী

লাইবক ফবা খুদোংচাবা ফংখ্রিবা অসি স্বামী বিবেকানন্দগী থৌজান্নগীনী। স্বামীজীনা মণিপুরগী ডেলিগেতশিংগী লৈফম-চাফম পুম্নমক শিনবীদুনা য়াম্না মতেং পাংবীখি।

মতাং অসিদা বিবেকানন্দ কেন্দ্র হায়বসি করিনো হায়বা অদু য়াম্না শম্না খঙজিক্লং ইজগে। ভারতকী খা থংবা ওইথে কন্যা-কুমারীদগী মথাংবাদা সমুদ্রদা কয়া লৈতনা য়াম্না ফজবা চীংজুম মচা অমা লৈ। চীংজুম অসিদা স্বামী বিবেকানন্দনা অমেরিকাদা পৃথিবীগী ওইবা ধর্মগী সভা অমদা চংশিনগী মমাংদা ধ্যান তৌখি। চীংজুম অসিদা স্বামী বিবেকানন্দবু নীংশিংনবগীদমক স্বামীজীগী মূর্তি অমগা লোয়নবা নীংশিং হুবা অমা শাবগীদমক 'বিবেকানন্দ রোক মেমোরিয়েল কমিতি' কৌবা সংস্থা অমা ইং ১৯৬২ গী জানুৱারীদা শেমখি। কমিতী অসিনা ভারতকী মফম পুম্নমক্তগী শেল খোমলগা নিংশিংথুবা অসি ১৯৬৪ গী নবেম্বরদা শাবা হৌরগা অমসুং ইং ১৯৭০ দা শাবা লোইহনা শংগাখি। নীংশীংবা থাক মচদী মনীপুরদসু মণিপুরগী ওইনা কমিতী অমা শেমদুনা হিরম অসিগীদমক শেল খোমগী থবক পাংথোকখি অমসুং ওইথোবা শেল কংখি। মতুংদা ইং ১৯৭২ দা রোক মেমোরিয়েল কমিতি অসি "বিবেকানন্দ কেন্দ্র" হায়না কৌদুনা স্বামীজীগী পাওতাক মীওইবদু সেবা তৌ হায়বদু থবক ওইনা পাংথোকনবা সংগঠন অমা ওইনা ওন্থোকখি। বিবেকানন্দ কেন্দ্র অসিদা য়াওদুনা সন্ন্যাসীদি ওইদবা মীওইবগী অমসুং ভারত জাতিগী যাইফনবাগীদমক কংথোক্লবা, মতিক চাবা নুপা নুপী কয়ানা হিরম পুম্নমক্তা সেবাগী থবক পাংথোকই। কন্যাকুমারীদা মকোক ওইবা ওফিস (কার্যালয়) লৈরগা ভারতকী মফম কয়দা কেন্দ্র অসিগী শাখাশিং লৈ। মণিপুরদসু কেন্দ্র অসিগী শাখা অমা ইম্ফালদা লৈখি। ইম্ফালদা চহি কয়ামরুম লৈরমলবা মতুংদা করিগুম্বা মরম থনদা কেন্দ্র অসি ইম্ফালদগী মণিপুরগী বাংমদা হোংদোকখি।

ঐনা থাইনা কলিকতাদা রাম কৃষ্ণ মিসনগী কনফরেন্স য়াওরবা অসি কেন্দ্র অসিনা ইঙ্গালন্দা লৈদুনা থবক নীংথিজনা তৌরিবৈগী মতমদনি।

ইসকোন য়াওবা :— ইং ১৯৮১ দা ঐহাকনা ইস্কন (ইন্টর্নেসনেল সোসাইটি ফর কৃষ্ণ কনসসনেস) গী লাইফ মেম্বর (পুন্সিগী ওইবা সদস্য) অমা ওইনা মিং চ খি। ইসকোনগী শ্রীকৃষ্ণজন্মাষ্টমীদা চহি খুদিংগী কোংবা সৌভনিয়র (স্মারিকা) গী সম্পাদক চহি কয়ামুক ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌজখ। অতে থৌদম কয়দসু থরাই য়াওনা লৌরক য়ারকখি। ঐহাকনা ইসকোন য়াওবা পাংগী মরু ওইবা মরমদি ইসকোনদা শাংগৈ কুচু থায়দনা পৃথিবীগী কাচিন কোয়া থুংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম অমসুং গুণবু শন্দোকপদা ঐহাকসু পিকপ্রবা শরুক অমতং য়াওনীংবা অদুনি। থোইদোক হেন্দোকনা শ্রীভ মুদর স্বামী মহৈদা শ্রীপাদ হায়না কৌদুনা সন্ন্যাসী ওইরবা, মনিপুরগী মী অমনা য়ামনা নহা ওইনা হুম-কৈ পানদ্রিবৈদা আমেরিকাদা ওরা-বা থাকী মহৈ তম-লিবৈদা ইসকোন য়াওখিদুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা পুন্সি কৎথোকখিবা অসিদা ঐনা ওকপগা লোয়ননা য়ামনা পেনখি।

মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াবা রাকম অমদি মসিনি — মনিপুর-দদি কৃষ্ণ ভক্তি অসি অনৌবা নত্তে। মনিপুরদা শ্রীশ্রীগোবিন্দনা ভাঙ্গোইরবীরা। অসিগী থবক্তা লৈকাই লৈকাই খুদিংদা মন্দির কয়া শিংথংদুনা শ্রীরাধা কৃষ্ণবু শ্রীশ্রীগৌরনিতাইগা লোয়ননা সেবা চৎলরি। অদুবু ইসকোনা পৃথিবী পুম্বগী ওইবা সংস্থান ওইবনীনা ইসকোনগী তোপ তোপ্পা মগুণ লৈ হায়বা অসিদি অচুম্বা বানী।

মনিপুর গীতা মণ্ডল — ঐহাকনা মনিপুর গীতা মন্দল য়াওরকপা অসি সরকারগী থবক তৌরিবৈদগীনি। ঈশ্বরগী অমসুং ধর্মগী ওইবা সংস্থানশিংগী মরক্তা মনিপুর গীতা মণ্ডল অসি ঐনা য়াওখিবা থাই-দগী হানবা সংস্থাসি হায়বা য়াই। চপ চাবা চহিদী নীংশিংবা থোক্রে। অদুবু ইং ১৯৫৬ নত্রগা ১৯৫৭ তা ঐনা শওম্বুংদা বি ডি ও

ওইনা থবক ভৌরিবৈদা শ্রীলাইরিকয়েংবম ইবোচাওবা অমসুং শ্রীভাভোম তোমপোকনা পুশিনবীদুনা ঐহাকনা গীতা মণ্ডল য়াওখি। মমৈদা ঐনা মণ্ডলগী সভাপতি ওইনা মণ্ডলগী থবক পুম্নমক্তা য়াম্না থবাক য়াওনা য়াওখি। ঐনা নীংশিংলি মদুদি ঐনা মণ্ডলগী সভাপতি ওইরিবৈদা ঐঙ্গর ওইরম্বা লৈখিদ্রবা মরূপ শ্রীটরোম বিজয় সিংহনা হায়খি — "মণ্ডলগী চৌথিবা সভাপতিশিংগী মমুংদা অজা চন্দ্রকুমারনা থাইদগী থবাক য়াওই।" থাক্লেংনা হায়রবদা ঐহাকনা অধ্যাত্মিকী অমসুং ঈশ্বর নীংবগী মরমদা থরদং থজবা চমথিবা আসি মনিপুর গীতা মণ্ডল অমসুং মণ্ডলগী আচার্য্য অমা য়ামনা পুক্নীং চঙনা অমসুং মতমশা না ওইবীরম্বা অদুগা ঐগী শিক্ষা গুরু অমাগুম ওইরিবা পণ্ডিত শ্রীঅরিবম শিবদত্ত শর্ম্মা তর্ক তর্ক তীর্থগী থৌজালদগীনী।

## শ্রীচৈতন্য প্রভুগী চহি ৫০০ শুবা জন্মদিবসগী থৌরমশিং —

ইং ১৯৮৬ তা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী চহি ৫০০ শুবা মপোক মুমিংকা মরী লৈননা ভারতকী অমসুং পৃথিবীগী অতৈ মফম কয়াদা অচৌবা থবক থৌরম কয়া পাংথোকখি। মনিপুরদসু মনিপুরগী ডিপুতি চিফ মিনিষ্টর ওইরম্বা শ্রীটয়েংবম তোমপোকসিংনা সভাপতি ওইদুনা রাজ্যগী থাক্তা কমিতি অমা শেমদুনা থৌরম কয়া চহি অমা চুপনা পাংথোকখি। ঐহাকসু কমিতি মেম্বর অমা ওইখি। ইং ১৯৮০ গী মার্চ তাং ১৫ দা নবদ্বীপতা অদ্বৈতপ্রভুগী মন্দিরদা মুমিৎ হনী চুপনা পাংথোকখিবা থৌরম অমা মনিপুরগী মীহুৎ অমদা ওইনা য়াওখি। অতৈ মিলিগেৎশিং অদুদি শ্রীএলাংবম মীনাকেতন সিং, শ্রীহুইরেম রনবীর সিং অমসুং শ্রীমতি ডাক্তর জামিনী দেবীনী।

ভারত পুম্বাগী ওইবা ডিভাইন লাইফ কনফরেনস — ইং ১৯১০গী জানুয়ারি তাং ৯, ১০ অমসুং ১১ দা উড়িষ্যাগী ভাবানি পাটনা কৌবা মফম অমদা পাংথোকখিবা ডিভাইন লাইফ কনফরেন্সদা মনিপুরগী ডেলিগেত অমা ওইনা য়াওখি। কনফরেন্স অসিদা ভারতকী ডিভাইন লাইফ সোসাইতিগী সভাপতি স্বামী চিদানন্দনা মুমিৎ খুদিংগী বা ভাংবীদুনা মীয়ামগী পুকনীং চিংশীনখী।

ইং ১৯৯২ গী অ শষ্ট থাদা ঐহাকনা ডিভাইন লাইফ সোসাটিগী পুনশিংগী ওইবা সদস্য ( লাইফ মেম্বর ) অমা ওইনা মিং চনখি। মতাং অসিদা নীশিংবা য়াই মদুদি মনিপুরগী ধর্ম্ম অমসুং অধ্যাত্মিকী সংস্থানশিংগী মনুংদা ডিভাইন লাইফ সোসাইতি অসি খ্বাইদগী লিরবা অমনী। সংস্থান অসিনা থা অমগী মনুংদা অনীরক সৎসঙ্গগী থৌরম পাঙথোক্লুনা দিব্য জীবনবু শন্নোকলি। সংস্থান অসিনা পাংথোকখিবা য়ামনা শীংথানীংঙাই ওইবা থবক্তি লাঙ্গোল চীংগী চীংথোংদা শিবানন্দ শান্তি আশ্রম হায়না কৌবা আশ্রম অমা লিংখৎখিবা অসিনী।

ইং ১৯৮৩ গী অক্তোবর তাং ১দা শ্রীঅরবিন্দ সোসাইতিগী সদস্য অমা ওইখি। সোসাইতি অসিগী মতম শাংনা সেক্রেটরী ওইরম্বা লৈখিত্রবা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা ঐহাকপু সোসাইতি অসিদা য়াওহন্মুবা শ্রীঅরবিন্দগী দর্শনগী মরমদা ইবা লাইব্রিক কয়া পাহনখি। থা খুদিংগী পাংথোকপা সৎসঙ্গ য়াওখ।

ঐনা য়াওখিবা মরু ওইবা কৃষ্টি ( কলচর ) গী ওইবা সংস্থানশীংদী অতোপ্পাপু রীসার্চ সেন্তর মনিপুর সাহীত্য পরীষদ অমসুং মনীপুর সংকৃত পরীষদনী। রীসার্চ সেন্তরগীদি সেক্রেটরিস্থ ওইখী। সাহীত্য পরিষদগীদি কার্যকারী সমিতিগী সদস্য ওইখি। মনিপুর সংস্কৃত পরিষদকী অহানবদা কার্যকারী সমিতীগী সদস্য ওয়া ওইনা লৈরম্বদগী ভাইস প্রেসিডেন্ট অহুমশী মনুংদা অমা ওইখি। পরিষদ

অসি হৌদোকখীবা মতমদগী হৌহনা মতম শাংনা প্রেসিডেন্ট ওই-বীহনা লৈরমলবা শ্রীশ্বিকমনী দেব শর্মানা লৈখীরবা মতুংদা ঐনা প্রেসিডেন্টগী থবক মতম খরা পুখি।

খাইসেবা মরূপ কৌবা মনিপুরগী অরিবা সংস্থান অমগীসু প্রেসিডেন্ট ওইখি।

সরকারগী থবক্কী পেংথারবা মতুংদা রাজনীতি য়াওবা —

ঐহাকনা ইং ১৯৮৩ গী অরাইবা শরুক্কী ইং ১৯৯০ ফাওবা চহি ৭ লোনগী মতম আসি ভারত পুম্বগী ওইবা জাতিয় কংগ্রেস য়াওখি। দল অসিগী বিচার বিভাগ কৌবা কংগ্রেসগী নীতি, উদ্দেশ্য-নচিংবগী নরমদা রাখলা থম্বনা অমসুং অতৈবু থডহল্লবা বিভাগ অদুগী কনভেনর ওইনা থবক তৌখি। দিল্লিদা পাংথোকখিবা ভারত পুম্বগী ওইবা কনফারেনস অমদসু য়াওখি। কনফারেনস অদুদা ভারতকী কাপুপ কাংলুপকী ওইবা আপকপা রাখলনা ভারতকী অপুনবা শক-তমদা অকায়বা লাকপগী মরমদা খন্নখি। ঐহাকসু কনফরেনস অদুদা বা ঙাংখি।

মতম অসিদা ঐহাকনা জবাহর ডিভলোপমেন্ট ওর্গনাইজেসনগী ভাইস প্রেসিদেন্ট টর্ম অনীরক হায়বদা, চাহি মাল্লখক ওইখি।

ইং ১৯৯০ গী জুলাই থাদগী দল দলগী ওইবা রাজনীতি থাদো-কুনা ধর্মগী অধ্যাত্মিকী অমসুং কৃষ্টিগী ওইবা হিরমশিংদা য়াওখি।

১৯৯৭ দা মহাত্মা গান্ধীগী চহি ১২৫ শুবগী থৌরমগা মরী লৈননা মনিপুরগী চীং অমসুং তমগী সহর খরদা বা ঙাঙবগী থবক কমিতি অসিনা ঐখোই মী খরদা শিন্নখি। মী খরা অদুগী মনুংদা ঐসু অমা ওইখি। ইম্ফালদদি মহাত্মা গান্ধীগী মরমদা অচৌবা সেমিনার অমা পাংথোকখি। সেমিনার অদুদা ঐসু ঐগী চে পাখি।

সাইবাবাগী ভক্ত অমা ওইবা — ইং ১৯৯৪-৯৫ দা শ্রীঅকোইজম দেবব্রত সিংহ খুইনা পাইলোং দেবেন হায়না খঙনবা সাইভক্তগী

ইম্ফালগী য়ুমদা সাইবাবাগী ভজন যাওখি। মতম অমুদগী হৌদুনা সাই ভজন অসি য়াওবা হৌরকখি। মরক মরক্তসু শ্রীদেবেন্দ্রগী থৌবালগী য়ুমদসু ভজন ইম্ফালদগী অতৈ ভক্তশিংগা লোয়নবা চৎ-তুনা ভজন য়াওখি অমসুং ভগবান সাইগী মরমদা বা ফাংখি।

সাই বাবানা মহাক্কী ভক্তশিংদা মমল য়ামলবা ধর্মগী পাওতাক পীবীবগী মথক্তা ঈশ্বরগী অঙকপা শক্তি ( miraclos ) উৎপীদুনা রূপ পীবী হায়বসি খঙনরবা বানী। ঐহাকমকসু বাবাগী রূপা ফংজখে হায়না চেৎনা থাজবা অমনী।

ভগবান সাই যুগাবতার হায়বদি মতম অসিগী ওইবা ঈশ্বরগী অবতার অমনী হায়বসু য়াই। মহাক মশামক অসি সনাতন হিন্দু ধর্মগী দেবতা ( লাই ) পুন্নমক্কী অবতারনী হায়বতা মখুনা অতৈ ধর্মগী লাইশিং হায়বদি যীশু খৃষ্ট, আলানাচংবা অসিগীসু অবতারনি হায়না বাবানা তাকপী।

বাবাগী পাওতাকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মরু ওইবা পাওতাক্তি 'মুংশিয়ু' হায়বা অসিনী। মীওইবা পুম্নমকপু নুংশিয়ু, কলক-মিহৌবা য়েংথিবা থাদোকউ হায়না বাবানা য়াম্না কম্না তাকপী। বাবানা য়াম্না কম্না অমসুং হন্না হন্না তাকপী মহুদি মীওইবগী খ্বাইদগী চাওবা মগুণ অসি নুংশিবা হায়বা অসিনী। বাবাগী পাওতাক অসিগা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী পাওতাক ঈশ্বরবু নুংশিয়ু, কৃষ্ণবু নুংশিয়ু হায়বা অসিগা খেন্নবা লৈতে থক্তি। শ্রীচৈতন্যনা তাকপীরিবা উপাস্য অমগী মরুদা ঈশিং চাইরবাদ ঊগী মশা পুমনমক কায়ৈ, অদুগুম্না কৃষ্ণবু নুংশিরবদি জীব পুম্নমকপু নুংশিবা ওমগনি হায়বা অদুগা অমত্তান থক্তি।

বিশ্ব হিন্দু পরিষদ য়াওবা — ইং ১৯৯৬ ৯৭ তা ঐহাকনা বিশ্ব হিন্দু পরিষদ য়াওখি। হেক য়াওবগা মনিপুর রাজ্য বিশ্ব হিন্দু পরি-ষদগী অধ্যক্ষ ( প্রেসিদেন্ত ) ওইখি। ইং ২০০০ গী ডিসেম্বরদা থাদোক-খি। বিশ্ব হিন্দু পরিষদ কৌবা সংস্থান অসি ভারতকী হিন্দুশিংনা

মপুং ওইরগা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা লৈরিবা হিন্দুশিংনা শাবা হিন্দুশিংগী অচৌবা সংস্থান অমনী। পৃথিবীগী অতৈ ধর্ম্মশিংনা তৌব-গুম্বনা হিন্দু ধর্ম্মগী য়াংমনা কন্নবা মশুপশিং অমসুং মুংগী ওইবা বাখলশিং অসিবু ঙাকননবা অমসুং খঙহন্নবা থবক পায়খৎপা অসি পরিষদ অসিগী উদ্দেশ্যনী। পরিষদ অসিনা অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপা মী-শিংবু য়েংথিরবা, নত্রগা মুংশিরকদবগী বাফম লৈতে।

থাংলৈগেশেংবদি বিশ্ব হিন্দু পরিষদ য়াওরবা মতুংদা ঐগী ধর্ম্মগী বাখল অসি পাকথোকপা হৌরকই। পরিষদ য়াওহৌদ্রিঙৈগী মমাংদদি ভারত পুম্নমক্কী ওইবা হিন্দুশিংগী সংস্থান অমদা য়াওদ্রবসু মনিপুরগীতা ওইবা সংস্থান অমা শেমবনা মনিপুরগী হিন্দুশিংগী মরক্তা কবা হৌনগনী খল্লমী। অদুবু, হিন্দুশিংগী মপান্নদা কনহনগে হায়রবদি ভারতগী নত্তনা পৃথিবী পুম্নমক্কী ওইবা হিন্দুগী সংস্থান লৈবা চুম্মী হায়বসি খঙনরক্লুনা বিশ্ব হিন্দু পরিষদ শেমখিবনী। মধম অহুনা অসিগুম্বা অচৌবা সংস্থান অমদা য়াওবা অসিনা মনিপুরগী হিন্দুশিংগীসু পাঙ্গল কনখৎকনী হায়না খল্লুনা ঐনা বিশ্ব হিন্দু পরিষদ য়াওখিবনী। কনা-গুম্বা থরনা বিশ্ব হিন্দু পরিষদসু কাংলুপকী ওইবা সংস্থাননী। মরম অদুনা মসি য়াওরগা কাংলুপকী ওইবা অপিকপা বাখলবু পুক্নীং লৌ-গৎপা ওইগনী হায়না খনবা য়াওই। মসিগী মতাংদা ঐনা হায়নীংই মহুদি অতৈ ধর্ম্মশিংগী কাংলুপশিংদগী মখোইগী কাংলুপকী ওইবা সংস্থান (লুপ) শেম্বা য়ারপা হিন্দুশিংগী ওইবা সংস্থান শেম্বা অসি সম্প্রদায়িক ওইবা অথবা মিৎয়েংনী খনবা চুমদে। বিশ্ব হিন্দু পরি-ষদনা হাম্না তোঙান তোঙানবা তাহনা লৈরম্বা, অমগা অমগা হন্দ্রা ঙাওনরম্বা বৈষ্ণবশিং, শৈব, শাক্ত, গানপত্যনচিংবা সম্প্রদায়শিংবু পুম্নপ পুনশিন্দুনা, পৃথিবী পুম্নমক্কী ওইবা হিন্দুশিংগী সংস্থান শেমখিবনী।

হিন্দু ধর্ম্ম অসি সত্য ( অচুম্বা ), প্রেম ( নুংশিবা ), অহিংসা ( শুকনীংনা, বাঙৈনা অমম্ভু থবকনা কনা অমত্তগী মাঙনবা তৌদবা ) অসিনচিংবা য়ামনা ফজপ্রবা অমম্ভুং পূকচেল চাওপ্রবা বাখলশিংদা য়ুমফম ওইবনী। চুম্মী, ধর্ম্ম অসিদা ফত্তবা চৎনবী থম্বা কোয়া চংঙকখি, মতুদি অবাংবা শাগৈনী থজবা মী থম্বনা অনেম্বা শাগৈনী থনবা মীশিংবু হৃহনা য়েংবা, দুশীবু দুপাদগী হুম্বনা থনবা অসিনচিংবা। মসিগুম্বা ফত্তবা চৎনবীশিং অসি অৱানবা বাখলদগী থোকপনী খঙ-লক্লুনা মথং মখং ওইনা শেংদোকখিহুনা হৌজিকী মতম অসিদদি মীগা মীগা থেম্নবগী চাং অসি য়ামনা হুম্প্রবনী। মরু ওইনা থেম্নবদি লমচৎ অমম্ভুং পূক:চল ফজবগী চাংদা থেম্বনা অহুনা ওইরবনী। মতাং অসিদা ঐনা য়ামনা কম্না থাজৈ মহুদি। মীওইবনা অঙীংবা মরাতম্বা মুংভাইবা পুনশি লেনগে হায়রবদি মথাংডৈদা লৈরম্বা তোথাই তাবগী। নুংশিনদবগী বাখলশিং অহু থাদোক্লুনা হৌজিকী অমম্ভুং তুংগী য়াই-ফনবগীদমক নুংশিনবা অমম্ভুং চাম্নবগী বাখল অহু চেম্বা হৌংনগদবনী। মনীংলোমদা হুজিনবগী মজুম্বা মাংলোমদা চৎশিনগদবনী। মসিনী ভারতকী সনাতোন ধর্ম্মর অমম্ভুং অতৈ অফবা ধর্ম্ম পুম্নমকনম্ভু তাকপী-রমলবা থাইদগী মচং ওইরবা অচুম্বা পাওতাক।

### ৬ শুবা শরুক।

### ঐগী বাখল থম্বা।

রাজনীতি :— রাজনীতিগী মরমদা ঐগী বাখল অসি য়ামনা মপুং ফাদে হায়রবসি ইশাখা দাজৈ। মরমদি রাজনীতিগী লানফমদা ঐনা চংলকপগী মতম য়ামনা তেলি। অহুবু মী অমা ওইনা পোক্লুনা মীওইবা মপোকী কর্ম্মক্ষেত্রদা ( থবকী লৌবুক্তা ) চংলিবা অমনা

রাজনীতিগী বাখল থন্দবা য়াদে, থবদং ওইরবসু থডদবা য়াদে। অতুনা ঐহাকসু ঐহাক্কী রাজনীতিগী বাখল য়ামনা তেম্না থমজগে।

ঐগী পুক্নীংদা রাজনীতিগী মমি তাখিবা অসি কলিকতাদা ইং ১৯৫১ দা সিতি কলেজদা তমখিবা মতম অদুদগীনী থল্লি। মতম অদুদা ভারতকী রাজনীতিগী অচৌবা লুচিংবা থরগী লাইরিক পাবদগী রাজনীতিগী অপাম্বা পোকখি। মরু ওইনা অহানবদা মতম অদুগী য়ামনা মমিং চৎপা লুচিংবা পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরুগী লাইরিক থরনা ঐহাকপু ইরৈবাকপু সুংশিবা অমসুং সমাজবাদ (সোসিয়েলিজম) গী বাখলদা অপম্বা পোকহনখি। মতম অদুদা কলকতা অসি ভারতকী রাজনীতিগী য়ামনা মরু ওইবা মফম অমা ওইরম্মী। ভরতকী অক ওনা লুচিংবশিং কয়ানা কলিকতাগী পার্কশিংদা বা ঙাংবা উংহৌই অমসুং ভাহৌই। মতৈথংদা মহাত্মা গান্ধীগী বাখল অমসুং থবকশিংনা ঐগী পুক্নীং কয়া চিংশিনখি। সত্য অমসুং অহিংসা (অচুম্বা অমসুং মীগী মাঙনবা হিংসা তৌদবা) হাযবা নীতি (বাখল পরিং) অনী অসিদা য়ুম্ফম ওইবা, ভারতকী শোল্লবা, লাইরবা প্রজা কোতি কোণ্ডদা থোনা হাপ্লীখিবা মহাত্মা গান্ধীগী বাখল পরিংনা ঐগী পুক্নীংবু কয়া চিংশীনখি। সমাজবাদ (সোসিয়েলিজম) বী লুচিংবশিংগী মরক্তগী শ্রীজয়প্রকাশ নারায়নগী বাখলনা ঐহাক নকনবা হেংখি। মরমদি জয়প্রকাশগী সমাজবাদ অসিদা ভারতকী পধ্যাত্মিকী বাখলসু য়াওই হায়না ঐনা থংখি।

গণতন্ত্র :— লৈবাক্কী বায়েল পথাপ পুম্নমক্তগী গণতন্ত্র (ডিমোক্রেসি) অসিনা খ্বাইদগী ফবানী হায়বাসি ঐখোইগী লৈবাক্না য়ারহুনা লৌরবনী। গণতন্ত্রগী য়ুম্ফমদা সম্বিধান শেমহুনা গণতন্ত্র ঙাকননবা আইন কয়া শেমহুনা লোক সভা অমসুং রাজ্য সভাদগী হৌহুনা রাজ্য রাজ্যগী আইন সভাশিং অসি প্রজাগী ভোটনা কারকপা মীহুৎশিংনা শেমলিবনী। মসিনসু গণতন্ত্র মপুং ফাদে হায়হুনা খুন্দংগী থাক

ফাওবদা পঞ্চায়তিরাজ চিংথৎতুনা গণতন্ত্রবু মপুং ফানবা হোৎনদিবনি। মীয়ামদা কাল্লকপা প্রজাগী মীহুৎশিংনা মশাগী খুদোংচাবা য়েংদুনা দল অমদগী অমদা চোংথোক চোংশিন তৌবা য়াদনবা আইনসু শেম-গদবনি। অদুবু আইন লৈরবসু দল অমদগী অমদা চোংথোক চোংশিন অদুম তৌরি।

শেখ' থুমজাগী অমোংপা — কন্নবা পুন্নমকী মফম ওইরিবা অথাংপা অসি থিংনবা আইন কয়া লৈ। অদুবু মসিনা অমোংপা অসি থংবদি লায়হৌদুনা হায়দগী য়ামনা হেনগৎলক্লে হায়বসি পুন্নমকনা খংনরবনি। মসি হায় হায়দুনা আইনবু কাল্লক্রে হায়বদি নত্তে। আইনগী মতুং ইন্না ভারতকী মফম অতৈদদ মরাল লৈরবা মী কয়া দণ্ড পীরে। অদুমসু মণিপুরদদি ওরানবা তৌবা মীবু দণ্ড পীবগী চাংসু য়াম্না হল্লে। মতাং অসিদা ঐহাক্না নীংশিংদবা ওন্দবা অমদি ঐঙোন্দা ওফিসার অমনা হায়খিবা অদুনি মহাক্না হায়খি মহাকদি থৌজাক্তা শেন চাবা মী অদু ওচুম্বা তৌবা মীনি। চাদবা মীদি চুমদবা তৌবা মীনি। বা অসি মতম অসিগী অয়াম্বা মীশিংগী বাখল্লা হায়নীংঙি। শেন চাদবা মীবু অপাঙবনি হায়বসি অয়াম্বা মী শংনা হায়নবগুম তৌই। মসিনা ঐখোইগী খুন্নাই (সমাজ) গী অশোয়বা। শেন য়ামনা চাবা ওম্বা মীশিংবু ইকাই খুমনদুনা সমাজনা য়োকখৎপা অসিনগী কনাগুম্বনা অন্তমনা হায়নবা য়াওরি মদুদি — প্রজাগী মতিক চানবা নিংথৌ ফংবনি। অদুনা অমোংপা অসিগী মরক্তদা ভোট পীরিবা প্রজাশিং অসিনি। মসিসু মশা নাম্থোকনবা হায়বনি। শেন চারিবা মী অদুগা পীরিবা মী অদুগা অনীমক অরানবা তৌবা মীনি হায়রবসু লৌরিবা মী অদুগী মরালনা চাওবা হেল্লি হায়বা অসিদি মশানা তাবা বাকমনি। মতাং অসিদা অতোপ্পা বা অমসু অমোংপা তৌবা কাংবুনা হায়রি — চারবদি থরদং চাবগা য়ামনা চাবগা চপ মান্নে। মসিসু য়ামনা চুমদবা বাখলনি। লায়রবা মী-

শিংগীদমক কয়ি অমত্তা খনখিত্রবা, মশাগীতা খনবা মীশিংদা হায়বা যানী হায়বসি চুমলবনী।

শেঙ্গা-থুংজাগী অমোংপগী মরমদা শংনা ইথত্নুনা পাবীরিবশিংগী মতম মাংহনবা পামদ্রে। অদুবু মসিমতংদি হায়জনীংডি আইন শেম্বা ভাক্তনা লেংনা ডৌবা ফত্তবা থবকশিং মুথৎপা ঙমলোই। মীগী পুকনীং অমসুং থমোই শেংলবতুদা মসি মুথৎপা ঙমগনী। মীওইবনা কর্ম্মগী ফল (মহে) গী নীয়ম অসি থাজত্নুনা মানা মানা ডৌবা অফবা অমসুং ফত্তবা থবক অত্নুগী মহে শোয়দনা ফংডি হায়বসি খঙলবদি যক্রবা অমোংপা অসি খরা ঘৈখেদ শোয়দনা ফগনী। মসিগী রাফম অসি মথক্তসু খরা ইজগ্রে। মরম অত্নুনা অমুক শাংথনা ইজররোই।

ঐগী লাইরিক অসিগী ডোঙান ডোঙানবা মফমশিংদা ঐগী রাখলসু মচেৎ মচেৎ ওইনা হাংঙেবসু ঙত্তবা শরুক অাসদা খরা শন্দোকনা ইজরী।

## আধ্যাত্মিক অমসুং ধর্ম্মগী রাখল।

বাজনীতিগী রাখলদা মপুং ফাদবা গুমনা ঐগী অধ্যাত্মিক অমসুং ধর্ম্মগী রাখল অসিসুমপুং ফাদে। ভিরম অসিদি য়ামনা লুপ্রবা অমসুং য়ামনা থুপথ্রবা হিরমনী, মরু ওইনা মুংগী ওইবা হিরমনী, মপান্তোঙগী ওইবা নত্তে। মপান্দা ঊবা ঙমদবা মুংগী ওইবা আধ্যাত্মিক ওইবা অমসুং ধর্ম্মগী ওইবা রাখল অসিদি তশেংনা য়ামনা লুবনী, হিরম অসিদা ঐনা ঐগী লাইরিক মচা অসিদা শাংনা ইজরোই। ঐনা ইত্নুনা ফোংঙ্গবা লাইরিক খরদসু হায়না খরা ইজগ্রে।

ধর্ম্মগী অমসুং ঈশ্বরগী ওইবা হিরমদা তমননবা অমসুং খঙননবা হোৎনবদা সনাতন হিন্দু ধর্ম্মগী মতুং ইন্না গুরু অমা তঙাইফদনা চংডি হায়না হিরম অসিদা খঙ হৈরবশিংনা ভাকপী। অত্নুনা ঐগীসু গুরু খরদংগী মিং হায়জগে। ঐগী অহানবা গুরুদি ঐবু পোকপা পাবুংনী।

ঐগী পাবুং লাইব্রিক য়ামনা হৈবা মী ; শ্রবন্ধু ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুবু শ্রীকৃষ্ণমকনী হায়না চেংনা থাজবা, নীংজবা অমনী। পাবুংগী ঈশ্বর নীংজবগী অকনবা ওইনবা তদুনা ঐখোইনা মন্দির, মাণ্ডপ কৎচদুনা ইষ্টদেব রাধা কৃষ্ণগী সেবা চৎপা হৈমজরিবনী। পাবুংনা ঐগী দীক্ষা গুরুনী। ধর্ম্মগী মরমদ ঐগী শিক্ষা গুরুশিংদি ঐগী ইন্দুবোক পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা, পণ্ডিত শিবদত্ত শর্ম্মা, পণ্ডিত রাধামোহন শর্ম্মা অসিনচিবনী। পণ্ডিতরাজদা লাইব্রিক হৈবগী থবক্তা অয়াম্বা মতমদ থেক চিনথদুনা ঐনস্তু খণ্ডনবা হংবানচিংবা থরা বাংহৌদুনা ধর্ম্মগী মরমদদি য়াম্না তৌরমজে। তদুবু য়ায়না মরু ওইবা পাণ্ডাক থরদি পীবীরম্নী অমসুং থরদু তম্বীবম্মী। গুরু পণ্ডিত শিবদত্তদি মতম শাঙনা মণিপুর গীতা মণ্ডলদা লোইনজহৌই। গুরুদগী অধ্যাত্মিকী ওইবা হিরমশিংদা তাজহৌই। গুরু পণ্ডিত রাধামোহনসু গীতা মণ্ডলদা অহানবা থেংনজখিবনী। ঐবু লমজিংবীবা গুরু অমা ওইবীখি।

মতাং অসিদা পনবা য়াই মহুদি ঐহাকনা ধর্ম্মগী মরমদা থরা খণ্ডবা ভমখিবা অসি ঐনা স্কুল অমসুং কলেজগী লাইব্রিক তম্বা লোইরবা মতমদনী। মহুগী মমাংদদি ধর্ম্ম অমসুং ঈশ্বরগী মরমদা ভাব তানা খণ্ডনবগী খুদোংচাবা ফংজখিদে। অদুবু ঐনা হিন্দু ধর্ম্মগী মরমদ থরদং খণ্ডবা অমসুং খন্নবা ভমখিবা অসিদি ঐগী পুন্সিগী অঙকপা মতমদনী, ঐনা চহি তরা তরেৎ চংঙকপা মতমদনী। ঐনা জোনষ্টোন হায় স্কুলদা ক্লাস নাইন্দা তমলিহৌদনী। মতম অদুদা ঐনা স্বামী বিবেকানন্দগী লাইব্রিক অমা পাক্লবদা স্বামীনা হিন্দু ধর্ম্মবু পৃথিবীগী ধর্ম্ম শংগী মরক্তা অখোইবা ধর্ম্ম অমনী হায়না তাকপীরগা "নহাকনা হিন্দু অমা ওইবদা চাওখোকচো" হায়না তাকপীখিবা অদু ঐনা থেংনখি। মতম অদু ভারত অসি বৃতিশগী মখা পোন্দুনা বৃতিশগী সভ্যতা — ধর্ম্ম অমসুং লোন, ফিজেৎ চাকচানচিংববু পামনদুনা ভারতকী ধর্ম্মবু

হৈনা য়েংনখিবা মতমনী। অদুগুম্না মতম অদুদা চিকাগোগী পৃথিবীগী ধর্ম্ম সভাদা স্বামী বিবেকানন্দনা হিন্দু ধর্ম্মবু য়াম্না রাংনা থাংগৎ-তুনা ওাংখিবা অমসুং পৃথিবীগী ধর্ম্মগী লুচিংবশিংনা য়াম্না থাগৎনখিবা অদুগী মরমদা ঐনা পাখি। শেন হায়রবদা স্বামীজীনা তাকখিবা পুৰা অদু ঐনা মতম অদুদা ভাব তানা খঙবা ঙমখিবা নত্তে। অদুবু স্বামীগী বাইশিং অদুনা ঐগী পান্থাইদা পানখি। ঐগী ধর্ম্ম ওইরিবা হিন্দু ধর্ম্মগী মরমদা চাওথোকচবগী বাখল পোকহনখি। ঐহাকনা মসিগী মরমদা জেনাষ্টান স্কুলগী মেগজিনদা ইংরেজীদা রাইটং অমা ইদুনা কোংখি, অদুবু, ঐন সনাতন হিন্দু ধর্ম্ম তাসগী মরমদা খরা নীংখিনা খঙবা ঙমলকপা হসিদ মতুং কায়নথংচনী।

ঐগাক সনাতন হিন্দু ধর্ম্মগী মতুং চনবা গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম হায়না খঙনবা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী কৃষ্ণ ভক্তি অমসুং প্রেমগী ধর্ম্ম অসিবু থজবা ১মসুং চৎপা অমনী। মরম অদুনা ঐহাক কৃষ্ণ ভক্ত অমনী। সনাতন হিন্দু ধর্ম্মগী মরু ওইবা (মচং ওইবা) চহীশিং (মচংশিং) অদুসু গৌরিয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসিদা য়াওই। খুদম ওইনা কর্ম্মগী নীতি অমসুং পৌনর্জন্ম হায়বদি, হন্না হন্না পোকপগী নীতি অসি বৈষ্ণব ধর্ম্মদা য়াওই। নীতি অনী অসি মরী য়াম্না লৈনৈ। অনীসি পুনশিল্লবনু যাই। শমনা হায়রবদা মীওইপনা মানা মানা তৌখিবা অফবা নত্রগা ফত্তবা কর্ম্মগী ফল (মহৈ) পুত্তনা অমুক হান্না পোকই। অফবা কর্ম্ম তৌরগা অফবা মপোক ফংগনী, অদুগা ফত্তবা কর্ম্ম তৌরগা ফত্তবা মপোক ফংগনী। মী অদুনা হন্না হন্না পোকপা অসি মাহাকনা মুক্তি ফংজিবা ফাওবা তৌদুনা লৈগদবনী। মীওইবনা হোৎনগদবা অসি অরাবনা থল্লবা সংসার অসিদা অমুক হন্না পোক্তনবনী।

মথক্তা হায়খ্রিবা নীতি অনী হায়বদি কর্ম্মগী নীতি অমসুং হন্না হন্না পোকপগী নীতি অসিগী মথক্তা ভক্তিগী লম্বী চৎপা বৈষ্ণব অম-গীদি য়াম্না মরু ওইবা নীতি অমা লৈরী, মহাদি কৃষ্ণনা (ঈশ্বরদা)

ভক্তি অমসুং প্রেমগী নীতি অমসুং কৃষ্ণগী ( ঈশ্বরগী ) কৃপাগী নীতি মসিগী মতুং ইন্না অকপা কর্ম ছৌবা ওঠকনা য়াদে। মসিগী মথক্তা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈগদবনী। ভক্তিগী হেনজিল্লকলগা ঈশ্বরদা প্রেম ( নুংশিবা ) য়াওরকই। ভক্ত অদুগী ভক্তি প্রেমগী থাক অদুগী মতুং ইন্না ঈশ্বরগী কৃপা ফংজরকই। কৃপা ফংলবদি কত্তবা কর্মগী ফল অদু মাঙহনবা ঙম্মী। কৃষ্ণগী ( ঈশ্বরগী ) কৃপা মপান নাইদে, কৃপানা ডমদবা লৈতে হায়বসি ভক্ত অমনা চেৎনা থাজে। ব'ফম অসি ভক্তিগী অশেংবা লাইখিকশিংনসু শেংনা তাকখিবনী। অদুবু কৃপা ফংনবগীদমক অকনবা ভক্তিগী সাধনা চংডি, পুকচেল শেংনা কৃষ্ণদা ( ঈশ্বরদা ) চংজবা চংডি।

মতাং অসিদা হায়রিবা 'পুকচেল শেংবা' হায়বা বাহৈসি য়ামনা মরু ওই। 'পুকচেল শেংবা' হায়বসি 'পুকনীং লুবা', পুকনীংদা অমকপা, কত্তবা থাখল অমত্তা লৈতবা হায়বনী। পুকনীং লুবা হায়-বসি ঈশ্বর ফংননবগীদমক চত্তবা য়াম্না মরু ওইবা পোৎচংনি হায়বনি ধর্ম অতৈনসু য়াই। বৈষ্ণব ধর্মনদি পুকনীং লুবগী মগুণ অসি য়ামনা বাংমা থাংগৎলি। পুকনীং লুপ্রবদি কৃষ্ণগী কৃপা ফংদে। অদুবু কৃষ্ণগী কৃপা যাওপ্রবদি পুকনীং লুবা ঙমদে। অমী অসি করম্না হানবগে হায়বা ডমদে। অদুবু ইশানা হোৎনজবদি তঙাইফদনা চংডি। শ্রীচৈতন্য প্রভুনা শিক্ষাষ্টক কৌবা য়াইদগী মচং ওইবা পাওতাক নিপানিগী অহানবা মতৌদা য়াওরী মথুদি শ্রীকৃষ্ণ সঙ্কীর্ত্তনা পুকনীং লুহল্লি। হরিনাম কীর্ত্তন, জপ, ধ্যান তৌর্বন চিংবা অসিনা পুকনীং লুহল্লী, পুকনীং লুপ্রবা কৃপা ফংডি। অদুনাদি কৃপা অসি সাধ্য হায়রবসি কয়গে থাল্লিবা অদুনী। অদুবু কৃপা য়াওপ্রবদি সাধন তৌনাইফনী য়াখলসু পোক্কে। অদুনা কৃপাদি সাধনগী অহৌবসু অরোইবসু চংডি। ভক্তি অমসুং প্রেমগী ধর্ম অসিদা এসু চেৎনা থাজে।

ঐনা খাঙনা ধর্মগী লম্বী অমা লৈরবসু ঐহাকনা অতোপ্পা মীশিংগী থাজবা ধর্মবু চহনা খজুগা তৌদে। খোইদোক হেন্দোক্না মৈতৈগী লাইনিংথৌ সনামহী অমসুং পাখংববু ঐনা খুরুমজে। হিন্দু ধর্মগী একং সং বিপ্রা বহুধা বদন্তি' হায়বদি, অচুম্বদি অমত্তনি, অর্থ তৌবা পণ্ডিতশিংনা তোঙান তোঙানবা মওংদা হায়বতনী হায়বা অহুম ঐনা খ জৈ। মরমদি ভাইবংপান পুক্নী মপুদি অমত্তমক ওইফম থোকই। অমত্তা ওইবা মপু' কাবা (পূর্ণ ওইবা) মপু অহুবু মপুং কাদবা মীওইবনা, কনা য়ামনা লাইরিক হৈবা অ'শংবা ওইরবসু মপুং ফ'না খঙবা ঙমদে। শ্রীচৈতন্য প্রভুগী সম্প্রদায়গী ভক্তিগী শাস্ত্রবু য়াম্না খঙবা শ্রীজীবগোস্বামীনা অসুমদা হায় — "ঈশ্বরগী মওং মতৌ পুন্নমকপু মপুং ফানা খঙবা নত্রগা পূজা তৌবা হায়বসি মী পুম্নমকনা ঙমদে। ভক্ত অমনা ঈশ্বরগী অপুনবা শক্তম অহুগী শকক অমত্তং মহাকী মতিক চাবগী মতুং ইন্না পূজা তৌজে নত্রগা খঙবা ঙমজে।" যদুনাথ সরকারনা ইবা 'জীবা গোস্বামীগী ভক্তি অমসুং ধর্ম'' কৌবা লাইরিককী চেনা ২৩০-২৩২ দা য়েংবীয়ু। ঐখোই মীচমনসু খরা খদ্দরবদি খঙবা ঙমগনী, মত্তম য়ুম্মিংকুমনা চাওথ্রবা মশাং লাকঙমদবা য়ামনা লাপনা লৈথখদগী পিশক পিকনা উথ্রবা অমসুং মতুংগী বাংখদা লৈবা মিংনা উবা ফংদবা খবানমিচাক কোতি কোতি অসিগীসু মপু ওইরিবা অমসুং ব্রহ্মাণ্ড পুমনমকপু শেম্বীবা ঈশ্বর অহুবু মপুং কানা খঙবা ঙম্বা অসি মপুং ফাখিদ্রবা মীওইবগী শক্তিগী বাংমদনী। মরম অহুনা ধর্ম কাংলুপ অমনা খঙবা ঙমলিবা অহুনা অচুম্বনী, অতৈনা খঙবা অহুবনা অরানবনী হায়বীস কয়মনা হায়গদৌরিবনো? অহুনা, ধর্ম অমবু চহনা খনবা ঐগী ধর্মনা খ্বাইদগী অফবনী খনবা অসি তৌরম থোক্তে হায়বসি চুমলবনী। হিরম অসিদা মুন্না খংলগা থাখল লৈবা মী খরনা ইউ আর আই (United Religious Initiative) হায়বা তোঙা

তোঙানবা ধর্মগী কাংলুপশিংনা পৃথিবী অসিদা অমগা অমগা মুংশিননা লৈমিন্নবা হোৎনবা সংস্থান অমা শেমলিবসি অচুম্বা থবকনী হায়না-নীংঙি। চুম্মী মসি অবাৎবা থবক্তি নত্তে। মতম থরা চংখিগনি। অতুবু মাইকৈ আশোয়দা চংশিন্নবা হোৎনবা হৌরকপা অসি অচুম্বা মাইকৈদা থাংবা হৌবা থোংথাংনী হায়নীংঙি।

ঐনা চৎলিবা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী বৈষ্ণব ধর্ম অসি সনাতন হিন্দু ধর্মগী মসুং চনবনী। ধর্ম অসিনা পৃথিবীদা লৈরিবা জাতি গুপ, লোন, শক খেন্নবা মী পুম্নমক্কী তাংগদা অৎনী, লোন কুচুনচংদা খেন্নবিবা অসিদি মপন্দা শেংপা কিক্লংগুম্ননী হায়রবসি য়াম্না শোংনা তাকপী। পৃথিবীগী মী পুম্নমক অসি মবী মভা ভাক্তনী চায়বনচিংবা পাণ্ডাক কয়াত্নু তাকপী। অতুবু মী অমাংম্না অসিগুম্বা পুকচেল চাংগবগী, অমগা অমগা মুংশিনবগী বাখল অসি থবক্তা ওশ্মোকপা ভমদে। অতুবু মসি হিন্দু ধর্ম চৎপা মীশিংগী নাত্তে। অতৈ ধর্ম চৎপা মীশিংসু মখোইগী ধর্মনা মীওইবা পুম্নমকপু মুংশিনু হায়না তাকপী থম্লি। তাকপীরবা অদু চুমনা অর্থ তৌদুনা থবক্তা ওশ্মোকনবা হোৎনবা অসি বাখল লৈবা ধর্মগী মচিংবা পুম্নমক্কী তৌদবা মতৌনী। মরম অদুনা ইউ আর আইনা পায়থৎলকলিবা থবক অসি মীওইব জাতিনা হিংচবা লৈনবগীদমক থাংদবা য়াদবা অচুম্বা খোংথাংনি, পুম্নমকনা পুকনীং শোংদুনা খোকই থম্লি।

মীওইবনা ধর্ম খেন্নথগা মুংশিনবা য়াংনা উরিবসিগী মতাংদা ঐখোইনা থমগদবা অমা লৈ। লৈবাক অমগা লৈবাক অমগগী লৈনবা মরীগী মতাংদদি ধর্ম খেন্নবা খেন্নদবগী বা লৈতে। ধর্ম মান্নবনু ভাক শেনবগী, লম্লোন ইতিকী, শেন-থুমগী অমসুং অতৈ মরু ওইবা হিরমশিংদা মত তিন্নবদি লৈবাক অমগা লৈবাক অম-গগী মরক্তা ধর্ম মান্নবনু মুংশিনবা মরি থমনৈ হায়বসি ঐখোইনা

খঙ্ভি। অদুমনা লৈবাক অমগা লৈবাক অমগগী মরক্তা ধর্ম্ম খেন্নবনা অফবা মরী অদু কায়হন্দবগুমনা ৈগা মীগগী মরক্তসু ধর্ম্ম খেন্নবনা অফবা মরী কায়হনবা চুমদে। ধর্ম্ম তিন্নদবা মীশিংগী মরক্তা মমাংঙৈদা মুংশিনদবা লৈরমলবসু হৌজিক্কী মতমগা চানদ্রে হায়বা খঙহনবা মুংশিননবা হোৎনবা চুম্মী। মীতাদা অমসুং হিন্দুগী অতৈ লাইরিকশিংদা য়াঙবগুমনা অতৈ ধর্ম্মগী লাইরিকশিংদসু ধর্ম্ম তিন্নদবা মীশিংবু য়েংথোবা চুমদে হায়বনচিংবা তাকপা মতাংশিং অদু থিদোকলগা মীয়ামদা খংহনগদবনী অমসুং থবক ওইনা চৎননবা হোৎনগদবনী। মসিগী মতাংদা শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংশনা অমসুং হৌজিক্কী মতমগী ঈশ্বরগী অবতার অমনী হায়নরিবা সাই বাবানা তাকপীবা অদু নীংশিংবা য়াই। শ্রীরামকৃষ্ণনা মশামকনা অকনবা সাধনা তৌদুনা অতোপ্পা ধর্ম্মশিংগী লাইশিংবু ফংবা ঙমখি। সাই বাবানা তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম পুন্নমকনা নীংনরিব', লাৎনরিবা ঈশ্বর অদু মহাক মশামকনী হায়না তাকপী'
হায়বদি, তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মশিংনা নীংনরিবা ঈশ্বর অদু অমতনী তাকপী।

মতৌ অদুমনা ধর্ম্ম পুন্নমকনা ঈশ্বর অমতবু খুরুম্বনী তাকপীরবসু মীওইবনা মহাক মহাক্কী নীংজরিবা ঈশ্বর অদুবু হৌজিক্কী ফিভম অসিদদি থাদোকপা য়াজে। মরমদি মথক্তা হায়খিবগুমনা ঈশ্বরদি অমতনী হায়বসি মপুং ফানা খনবা ঙমসি মতম থরা চংখিগনী। হৌজিক্কী মতম অসিদা ঐখোয়না তৌগদবদি অতোপ্পা কাংলুপশিংনা নীংজরিবা অমসুং খুরুমজরীবা ঈশ্বর অদুবু হকনা খঙবা অমসুং য়েংথিবা তৌদবা অসিনী। হন্দনা য়েংবগী অমসুং য়েংথিবগী মিৎয়েং অমসুং বাখল অসিবু থাদোকলবদি ধর্ম্মগী মিংদা থৎনচৈনবা তোকখিগনী।

## ঐগী পোকনফম লমদম।

ঐগী পোকনফম লমদম ভারতকী মমুংদা লৈবা মনিপুরনী। চীংনা কোয়না পনশাবা, থৈন-য়াংকোক মানবা মরাক মমুং পিক-লবসু মতিক মগুণ চাওবা মনিপুর সনা লৈবাকনী। অগোই ঈশৈ থৌনা লিংজেন, শায় খোংনবা, ফিশা-লোনশা দুবা হেনবা অসিন-চিংবদা পিকপবা মনিপুর অসিনা পৃথিবীদা ফাওরিবনী। মনিপুরী সাহিত্য ভারতকী মরু ওইবা সাহিত্যশিংগী মরক্তা অমা ওইরিবনী। খোইদোক হেন্দোকনা সনা লৈবাক অসিগী শেংলবা ঈশিং মুংশিংকী কিতম অমসুং চীং তমগী মহৌশাগী ফজবা শকফম অসি পৃথিবীগী অনীতবা লাম্বাওগী লান য়াওথিবা নোংচুপলোমগী লাম্নীশিংনা ফাওবা থাগৎনরিবনী, অরাংবা চীংথক্তা শাংশা ফজবা লৈ অমনী হায়না শীংথানখিবনী। অকনবা লানলক্তা, বোম তোপ মরক্তা মনিপুরগী ফজবা শকফমবু থাডনা লাইরিক অমা ইখিবা লাম্নী অদুক ঐনা থাগত্তবা ওমদে। অসিগুম্বা ইমা লৈবাক মনিপুরবু ইমাগী নচাশিং অতৈনা মুংশিবগুমনা ঐনসু মুংশিজে।

ঐখোইগী লৈবাক ভারত অসি সনাতন ধর্ম্মগী য়ুমফম ওই-রিবা বেদ, উপনিষদ, রামায়ন, মহাভারত, ভগবদগীতা অসিন-চিংবগী হৌরকফম ওইরিবা, মুনি ঋষি মহাত্মা কয়া পোকখিবা, খা-রোমদা সমুদ্র অমসুং অবাংলোমদা হিমালয় চীংজাওনা ওমথৈ ওইরিবা অচৌবা লৈবাক অমনী। মনিপুরনা অচৌবা লৈবাক অসিগী নোংপোক চিদাইদা সনাদা মণিনা থানহনা তাম্মোইরিবা সনা লৈবাকনী। মনিপুরবু মুংশিবগুমনা ঐনা ভারতপু মুংশি। ইমা অমসুং ইমালৈবাকনা স্বর্গনসীসু হেন্না চাওই হায়বা অদু অচুম্বা বাকমনী।

## অইবা অমা ওইনা —

ঐহাক খাইনা শক খঙনবা অইবা অমা নংচদে। ঐনা কান্নগনী খনবা ধর্ম নত্রগা অধ্যাত্মিকী হিবমগা মরী লৈনবা বাখল খরদং ফোংদোক্নুনা ইবা ঐগী লাইরিকশিংদী। খুদং শেংগৎপা কোম্বা লাইরিক অসিদি ঐনা সরকারগী ওফিসার অমা ওইনা থৌখিবা থবক্কা মরী লৈনৈ। হায়রনা কয়া চাওদবা লাইরিক তারেৎ ইতুনা ফোংদোকচরে। হৌজিক ফোংগদৌরিবা লাইরিক অমস খারগা পুন্না লাইরিক নিপান ওরে।

ঐগী লাইরিকশিং অসি ইবা মতমদা ঐনা খঙহন্নীবা বাখল অদু পাব্বীরিবশিংনা য়ারিবমথৌ লৌনা খঙবা ওমদনবা হোৎনজে। বাহৈ-বাতা ফজবা ফজনবগী মথক্তা পুবলীং থোইনা চাংদ্রদ। মসিগী মওং অসি ঐনা বা ভাংবা মতমদসু ওকনবা হোৎনজে হায়বসি ঐবু মুংশিবীবা মরুপ মপাশিংনা তাকপী। অদুবু হিংবা অসিদা ঐনা কয়া য়াম্না মতৌ য়ানবা উৎখিদগে হায়বা অতুংদা ঐনা খঙবা ওমলোইদবা পাব্বীরবশিংগনা খঙদ্বীগদবা বাফম্নী।

— (O) —

## ৱারোই।

ঐগী পুথিগী ৱারী অসি শাংথজরোই। পাৱীরিবাশিংগী মকমদা ঐনা হায়জরী মতুংদি লাইরিক অসি ঐনা মখিং চৎপা মী অমনী হায়না ইজবা নাত্তে। মী অমগী অরোইবা মতমদা মহাকনা তৌখিবা অকণবা কত্তবা পুম্নমক সিনেমাগী পর্দাদা তৌরগুমনা মমি ভারকই হায়বগুম্না পুথিগী অরোইবা থাক্তা লৈরবা ঐহাকনা নীংশিংবা ওইনা ইজরনী। ঐনা অরোইবদা ঐগী পরমেশ্বর (খুইদগী অথোইবা মপু) ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণদা খোমজিনবা থৌরমজতুনা হায়জরী মতুংদি :—

হে থৌজাল লৈবা ইবুংঙো। ঐগী পুথি অসিদা অরাবা কংথিবা পুম্নমক ঐগী কর্মগী ফলনি, ঐনা তৌখিবা অরানবা থবকশিং অদুগী মহৈ অদু ঐনা চাজরনী। অদুগা ঐগী পুথিদা কংথিবা মরংডাইবা অকবাশিং অদুদি ইবুংঙো নহাক্কী কৃপা তনা, থৌজাল তনা কংজখিবনী। খাংগৈশিংবাদি ইবুংঙো নহাক্কী মপান নাইদবা থৌজালনা ঐনা তৌখিবা অরানবা কয়াসু ভাকপীখ্রবনি হায়বসি ননাইনা খামনা চেংনা খাজে। ইবুংঙোগী থৌজাল নত্তনা ঐগুম্বা মোল্লবা মী অমনা করিসু তৌবা ঙমদে। ইবুংঙো নঙোন্দা ঐনা ভাইহাক্ত ওইরবসু চজরিবা অমসুং ভাক্ত ভৌকরবা অসিসু ইবুংঙোগী কৃপাতনা ঙমজবনী। হে তোল্লবশিংগী মবুংঙো! ঐগী অরোইবা মতমদা ইবুংঙোগী মিংগলনবু নামবু ননাইনা শোলবা পামজে; ইবুংঙোগী শংবাল্লবা অমসুং পুকনীং হুনা ফজবা শকফম্বু - শ্যামসুন্দর মপপু ননাইনা উজবা পামজে। মসি ঙমননব। ইবুংঙোনা ভাকপীখিবা "মরম অদুনা মতম পুম্নমক্তা ঐবু নীংশিংঙু, অদুগা লান শোকৌ; ঐঙোন্দা পুকনীং অমসুং বাথল অনিমক কৎথোকচরবদি ঐহাকপু শোয়দনা ফংগনী. চিংনিঙাই লৈতে" (গীতা ৮/৭) হায়বা ইবুংঙোগী য়াথং অসি ননাইনা কাউদবা ঙমহনবীয়ু, কৃপা পীনবীয়ু।

— লোইরবা —

## অরানবা চুমথোকপা

| লামাই | পরেং | অরানবা | চুমথোকলবা |
|---|---|---|---|
| ১ | ৭ | যাদুমণি | যদুমণি |
| ২১ | ৩ | recognation | recognition |
| ২৭ | ১৪ | ( ফোস´ ) | ফোস´ |
| ৩০ | ১৪ | পাঞ্চাবত | পঞ্চায়ত |
| ৩২ | ৮ ( মথাগী মদগী ) | পুনশিগী | পুন্সিগী |
| ৩৩ | ৯ | থুঙ্গংত্রু | থুঙ্গংবু |
| ৫১ | ৮ ( মথারোমদগী ) | অডকপা | অডনবা |
| ৫৪ | ৪ ( মথারোমদগী ) | হায়থীন্ত্রু | হায়বসিবু |